


**মখুম :-**

খোংজোমগী তেঙ্গোল
লম্পাক্তা খিল্লিবা মেজর চোংথা
মিয়াগী মূর্ত্তি (ইং ২০০৫)।

**মূর্ত্তি শাবা :-**

শ্রী ব্রহ্মচাবিময়ুম মহেন্দ্র শর্ম্মা,
খোংমন, ইম্ফাল ।

**ফোটো কাবা :-**

*শ্রীবাজকুমাব দিলিপ সিংহ*
শিংজমৈ মথক
চোংথাম লৈকাই, ইম্ফাল ।



4/3/61
Samendra Singh
Chongtham
Major Chongtham

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরি

(১) সেক্সপিয়রগী
(অনুবাদ), ১

(২) নুমিৎনা থো
উরুবদা (লমকোয় ব

# মেজর চোংথা মিয়া

চোংথাম সমরেন্দ্র সিংহ

মেজব চোংথা মিয়া মেমোরিয়েল কমিটি,
মণিপুর ।

# Major Chongtha Mia

*-life and works of Major Chongtha Mia Singh,*
*Commander of the Battle of Khongjom*
*in the Anglo-Manipur War 1891*
*by Chongtham Samarendra Singh 2006*



অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল ২৫, ২০০৬

কোপি মশীং : ১০০০



ফোঙ্জবা : মেজব চোংথা মিযা মেমো'বিযেল কমিটি, মণিপুব
শীংজমৈ মথক্ চোংথাম লৈকায, ইম্ফাল।

মমল্ : লুপা ১০০/-

লাইবিক ফংফম : (১) জগৎ মাতা
মপাল কাংজৈবুং মনিং, ইম্ফাল।

(২) বাজেশ বুক ষ্টোল
গভর্ণব বোড, ইম্ফাল।

# কচ্ছবা

খোংজোম লানগী কমান্দর
মেজর চোংথা মিয়া -
চোংথামচা পুম্নমকী
চাউথোকচনীংঙাই ওইবা
শাগৈগী মৈতান অরোবা,
কচ্ছরি নখুয়োদা
পাঙদ্রবা ঐহাকী
চল্লবা খুদোংলসি ।

## লাইরিক অসিগী মরমদা

শ্রীচোংথাম সমবেন্দ্র সিংহগী 'মেজব চোংথা মিযা' হাযবা লাইবিক অসি খুৎইদা লৈবিঙৈদা পাবে। খোংজোম লালগী অশেংবা ৱাবি খঙনবকপদি কুইদ্রি হাযনা অইবনা ফোংদোকলিবসি থোইনা লান্দে। শাংলবা মতম অসিদা চীঙ্খাং ৱাবী অমসুং খোংজোম পর্ব্বনা খোংজোম লালগী ইতিহাস ওইদুনা লাকখি। মবম অসিনা শ্রী সমবেন্দ্র সিংহনা বেৰ্কোদি অমসুং দোকুমেন্ট কযানা যুম্ফম ওইবা খোংজোম লাল অমসুং চোংথা মিযা মেজবগী মবমদা মবীক চূম্বা লাইবিক অমা পুথোবকপশি থোইদোক্লা পূক্লিং থৌগৎনীংঙাইনি। চোংথা মিযা মেজবনা, মহাক্কী বিচাবগী মতমদা, বিচাবপতি মেজব মেক্সৱেলগী মমাঙদা পীখিবা জবান - 'ঐনা খোংজোমদা মৈতৈ লাম্মীশিংগী কমান্দবনি' হাযবা ৱাহৈ অসি অর্থ যাম্না লৈবা ৱানি। ৱাহৈনা ফোংদোক্রবসু - মসিগী নুংদা ফুমদুনা লৈবিবা অর্থদি 'খোংজোম লানদা শব্রক যাখিবা মৈতৈগী মেঞ্জোব পূন্নমক চোংথা মিযাগী মখাদা খোংজোম লান শোক্লখিবনি' হাযবনি।

লাইবিক অসি পাবা মতমদা পাবিবিবর্বশিংনা মযেক শেংনা উবিবগনি খোংজোম লাল এপ্রিল ২৫ দা শোক্লখিবনি ; এপ্রিল ২৩ দা নত্তে হাযবসি। শ্রী সমবেন্দ্র সিংহনা বাফম অসি মবী লৈনবা বেৰ্কোদ কযা পুথোক্লুনা প্রমান তৌবি। খ্বাইদগী থাগৎনীঙাই ওইবা ৱাফম অমনা শ্রীসমবেন্দ্র সিংহ মশানা ত্রিপুবাদা চত্নুনা মিযা মেজবগী মবমদা কুপ্পা থিজিন হুমর্জীন্নবা থবক চত্থখিবা অমসুং মদুদা ফংলকপা বাবিশিং অদু মনিপুবগী ইতিহাসদা থোইদোক্লা মমল যাম্বা অমান হাযনা হাযর্জনিংই মবর্মদি ঙসি ফাওবা মনিপুবদা কনাসু খঙনবমদবা ৱাবি ঙাক্তান।

ঐনা চেৎনা থাজৈ - লাইবিক অসি মনিপুবগী ইতিহাসগী পূক্কৈদা নৌনা হাপচিল্লকপা অতাঙবা লাইবিক অমা শোযদনা ওইগনি।

শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ।
উবিপোক, ইম্ফাল।

বসন্ত পঞ্চমী,
শকাব্দ ১৯২৮

# ৱামাঙ্ য়ানবা।

মেজর চোংথা মিয়া সিংহ হায়বসি কনানো অমসুং মহাক্না খোংজোম লানদা লৌখিবা শীংথাবা য়াবা থৌদাংশিং করিনো হায়না ইবা লাইরিক অমত্তা ওসিফাওবা পুথোক্ত্রি। খোংজোম লালগী মরীক চৃন্বা অশেংবা ৱারীসু ইতিহাসকার অমত্তনা ইদ্রি। অসিনা মরম ওইরদুনা চহি ১০০ হেল্লবা মতম অসি খোংজোম লালগী ৱারীদি- খোংজোম পর্ব্ব শকপা, পেনা খোংবা, লাইরিক থীবা হায়বা অমসুং শুমাং লিলা- দ্রামাদা উরিবা তারিবা চীন্থাং ৱারীনা অচুম্বা ওইনা মণিপুরদা চৎনদুনা লাকখি। তৌইগুম্বসুং ইং শোক ১৯৮৪ দা পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা খোমজিনবা 'Documents of Anglo-Manipur War, 1891, Part I and II - লাইরিক অনি অসি ফোঙলক্পদগীদি, চপচাবা প্রমান অমসুং দোকুমেন্ট কয়ানা শৌগৎলবা খোংজোম লালগী অশেংবা ৱারীদু, লোয়ন-লোয়ননা, এপ্রিল ২৩ দা নত্তে; ২৫ দা শোক্লখিবনি হায়বসি, মণিপুরদা পাক-শন্না খঙনবা হৌরকখি।

মেজর চোংথা মিয়াবু লান্ন উহন্দুনা, মণিপুরগী অরোইবা নীংতম্বগী লালদা মহাক্না মরৈবাক-মজাতিগীদমক্ তৌখিবা কথোকপা, মদুগীদমক ফংফম থোকপা চপচাবা ফিদা অমা পীবীদনা মতমশাংনা নাথৈদুনা লাকখি। তুংগী চারোল-শুরোলগী দমক্, ইতিহাসবু পরিং কায়দনা থনম্বা অসি ঐখোযগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাং অমনি হায়না অইবগী থম্মোইদা কন্না ইথিল পীখি।

জুন ২৮, ২০০৫ ইংদা, মণিপূরগী মফম পূম্নমক্ শীন-থুংনা, পুন্না অমসুং চোইনা-চোইনা খুন্দাদুনা লৈবা, চোংথামচা পূম্বগী অপূনবা মীফম অমা, শীংজমৈ চোংথাম লৈকায়দা ফমখি। মেজর চোংথা মিয়া সিংহনা কমান্দর ওইদুনা, ইংরেজ লান্মীশিংগা, এপ্রিল ২৫, ১৮৯১ দা অকনবা লান শোক্লখিবা মফম-খোংজোমগী

তেঙ্গোল লম্পাক্তা, মহাক্কী মূর্ত্তি অমা খিনবা হায়না মীফম অদুনা ব্বারেপ লৌখি। লোয়ন লোয়ননা অইবা দোকুমেন্টশিংদা য়ুম্ফম ওইবা মেজর চোংথা মিয়াগী মপূং ফাবা পূন্সি ব্বারী অমসুং অথৌবা অসিনা খোংজোম লান্দা লৌখিবা থৌদাংশিং মরীক চুম্না ইদুনা লাইরিক অমা পুথোকপা হায়নসু লেপ্লখি। লাইরিক অদু ইবগী থৌদাং, চোংথামচাশিংগী অমত্তা ওইবা ব্বারেপনা, পাঙদ্রবা ঐঙোন্দা শিন্নবিখি। হায়নীংঙাই লৈতনা পূক্লিংদা হরাউ তুজুং পোকখি; খরদংসু অকিবা ফাওখিদবা নত্তে মরমদি লাইরিক অসিগী মচাক ঐনা কদায়দগী থিরুগনি ? লাইরিক অসি ইবা হৌগৎলকপদা, অব্বাবা কয়া থেংনখি-মরূ ওইনা মেজর মিয়াগী ফেমিলি-হিষ্ট্রিগী মতাংদনি। চহি ১০০ হেল্লবনিনা, চীন্থাং-ব্বারী ফাওবা অয়াম্বনা মমি-শামি ঙাক ওইরে; মপূং ফানা ফংবা ওইথোকখিদরে। মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈগী পূন্সিগী মরমদা, চীন্থাংদা ফাওবা, রেকোর্দ থীবা ফংদে। অদুবু অখঙ অহৈশিং অমসুং মণিপুর অমসুং ত্রিপুরাগী স্কোলার কয়াগা উন্নদুনা ব্বারী শারবা মতুংদা চাউরাকপা অমদি খঙ্বা ঙল্লে। ময়োক্লখিবা, খ্বায়দগী অব্বাবা অমা পঞ্জবা তারবদি-ঙসিফাওবা ফংবা রেকোর্দকী মতুংইন্না, চোংথা মিয়া সিংহ কালাপানীগী জেলদগী থাদোরক্লগা বৃন্দাবনদা মতম খর লৈরমই। বৃন্দাবনদা মতম খর লৈরম্লগা, তখেল লৈবাক্তা চৎখি অমসুং মহাক মফম অদুদা নোঙ্গাখি হায়বা সিদনি। অসিদগী থোইদোকপা অহেনবা ব্বারীদি ঙসি ফাওবা কনামত্তা খঙ্নদে; কনানসু থিজিল্লুবা য়াওদনা ঙসি ফাওবা লাকখি। লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা 'তখেল লৈবাক্তা পুন্সিগী অরোইবা শরূক' হায়বা পন্দুপ অসি ত্রিপুরাদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মৈতৈশিংগী খূদোলনি; থোইদোক হেন্দোক্লা 'লময়ানবা' হায়বা সোসিও-কলচরেল ওর্গেনাইজেসনগী মমল য়াম্লবা মতেংদগীনি। মখোয়না থিবা য়াবা থিবিদুনা; হংবা য়াবা হংবিদুনা ফংজরকপনি। মসিগীদমক্তা ত্রিপুরাগী মৈতৈশিংগী মফমদা, মনিপুরদা লৈবিবা চোংথামচাশিংনা শিংবা ঙম্লরোইদবা লম্মন তোনশিঞ্জরে।

খরগা হেন্না মখাতানা থিজিনবগী পান্দমদা অইবা ইশামক্কা, 'মেজর চোংথা মিয়া মেমোরিয়েল কমিটি, মণিপুরগী সেক্রেটরী শ্রী চোংথাম জীবন সিংহগা লোয়ননা, ওক্টোবর ১৬-২২, ২০০৫ ইংদা ত্রিপুরাদা চৎলি। মফম অদুদা মেজর মিয়ানা লৈরম্বা য়ুম্ফম, মহাক্কী সমাধি অমসুং চোংথা মিয়াগী পূন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখিবা ইংখোলদু থেংনজরে। মফম অদুদা নীংশীং খুভম অমসু খিন্নবা থৌরাং তৌজরমখি।

লাইরিক অসি পাবিরিবশিংনা শোয়দনা হায়বিরক্কদবা ৱাফম অমা হান্না ৱামাঙ্ য়াঞ্জনীংই - বানানগী মরমদনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা 'মেঙোর' অমসুং 'লাল' হায়বা ৱাহৈ অনি অসি মশীং খঙদনা য়াওরে তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মফমদা 'লান' অমসুং 'মেজর' হায়না ইবসু থেংনবীগনি। 'মেজর' অমসুং 'মেঙোর', 'লাল' অমসুং 'লান' হায়বা ৱাহৈশিং অসি অফা-অপুন য়াওদনা মনিং মখা তম্না শিজিন্নরুবগী ঐগী ৱাখল্লোনদি, মতাঙ মতাঙগী ওইনা পকচবা ৱাহৈ থিদুনা অমসুং উচ্চারোলদা য়ুম্ফম ওইদুনা শিজিন্নজবনি; পাবিরিবশিংনা ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসিগী রিসার্চ চত্থরকপা মতমদা ত্রিপুরাগী শ্রী গুরুময়ুম রাজেশ্বর শর্ম্মা অমসুং শ্রী লাঙ্গোলজম বীরমঙ্গল সিংহনা মতেং পীবিবগীদমক ঙমখৈ লৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। থোইদোক হেনদোক্না লমজিং-লমতাক পীবীখিবা স্কোলরদি পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনি; মহাকপু থাগৎচবগা লোয়ননা ঐনা পুন্সিগী শিংবা ঙল্লরোইদবা লম্মন তোনশিঞ্জরে।

*ইম্ফাল,*
*ৱাকচীং পূর্নিমা,*
*শকাব্দ ১৯২৮,*

*চোংথাম সমরেন্দ্র সিংহ*
*কৈশামথোং তোপ লৈরক,*
*ইম্ফাল,*

# য়াওরিবশিং




অযেকপা :- শ্রী জি: অক্ষয় শর্ম্মা

খোংজোম তেঙ্গোলগী শক্তম
(বৃটিশগী বোকার্ডতা যুম্ফম ওইবা)

## ১.

## খোংজোম লাল।

*" খোংজোম লালদা মৈতৈ লান্মীশিংগী লূচিং পূরেল, ঐনি "*

\- মেজব চোংথা মিযা সিংহ। -

মথক্কী ৱাহৈ পরেং অসি, মেজর চোংথা মিয়া সিংহনা মহাক্কী বিচারগী মতমদা, মশাগী জবান ওইনা পীখিবনি হায়না, বিচারপতি মেজর মেক্সৱেল, চিফ পোলিটিকেল অফিসার, মণিপুর ফিল্ড ফোর্সনা ইদুনা থনম্মী। তশেংনমক্ খোংজোম লালদি মেজর চোংথা মিয়াগী ধর্ম্মক্ষেত্রনি, কুরুক্ষেত্রনি অমসুং কর্মক্ষেত্রনি। মাগী পুন্সিগী ৱারী ইবা হৌদ্রিঙৈদা খোংজোম লাল করিনো হায়বদু মরীক চুম্না মীয়াম মমাঙ্দা লান্থোকপা অসি তঙাই ফদে।

*খোংজোম লাল :*

ইং শোক ১৮৯১ গী মার্চ ২৪ গী অহিংদা, আসামগী চীফ কমিশনব মি: জে: দব্লিউ: কুইন্টন য়াওনা, বৃটিশগী অফিসাবশিং, কংলাশা মমাঙদা শঙলিংবনা মঙক কক্কুনা হাৎলবা মতুংদা, বড়সাহেবকী বাংলাদা অমসুং মপান কাঙজৈবুংদা লৈরম্বা বৃটিশগী সিপাহী পূম্বা, অহিং অদুমক্তদা কাছাড

রোমদা চেনখিরমই। মথংগী নুমিত্তা, লংথবালদা লৈরম্বা বৃটিশ গেরিজনগী গোঁখা সিপাহী ৩৫, জমাদার বিরবল নগরকোটিগী লুচিং মখাদা, তুমুরোমদা চেনখিরমই। সিপাহী কাঙবু অসি, ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেনট্রিগী লেফটেনেন্ট সি: জে: দব্লিউ: গ্রান্টগা লোয়নদুনা মার্চ ২৮, ১৮৯১ দা মৈতৈশিংগী মখুৎ চনখ্রবা বৃটিশ অফিসারশিং অদু কন্নবগী আশাদা ইম্ফাল তম্না অমুক হন্না চঙশিল্লকখি।

লে: গ্রান্টগী খুৎপু অসিনা থৌবাল য়ৌবা মতমদা মৈতৈগী লান্মীগা থেংনদুনা অকনবা লাল শোক্লরমই। এপ্রিল ৯ দা কেপ্তেন প্রেসগ্রেভদগী চিঠি অমা ফংবদগী নুংদাং পুং ৭:০০ তাবদা লাল হন্দোক্তুনা পন্নীংদা লাক্লগা কেপ্তেন'সিগা এপ্রিল ১০ গী নোংয়াই মতুং পুং অনিদা থেংনরমই। অপুনবা বৃটিশ লান্মীগী খুৎপু অসিনা পলেলদা পুন্না লানবন শাদুনা লৈরে। কেপ্তেন প্রেসগ্রেভদি টুমুদা তন্না হল্লক্লবা হুকুম লৈবা মরমনা অপুনবা লান্মী মপৈ অসি নোংমগী লম্বী হন্দুনা তুমুরোমদা লাক্লমই। চৈরক অসিদা মেজর সার চার্লস লেসলিনা মহাক্কী ২ / ৪ গোর্খা কম্পনীগা লোয়ননা চঙশিল্লকলে হায়না পাউ অমা থারকই। চিঠি অদু ফংবদা লে: গ্রান্ট অমসুং কেপ্তেন প্রেসগ্রেভকী অপুনবা লান্মী অদু পলেললোমদা অমুক হল্লকলমই। মার্চ ২৮ দা টুমু কলমগী মাঙজীন থাবা পার্টি অদু, সার লেসলিগী লুচিং মখাদা, পলেলদা থুংলমই। অপুনবা বৃটিশ সিপাহী মশীং ২ / ৪ গোখাগী সার চার্লস লেসলীগী মখাদা সিপাহী ৪০০ লোয়ননা কেপ্তেন রনদল, দ্রুব্বারী অমসুং কারনেগী; লেফটেনেন্ট গ্রান্ট, ডুকাট অমসুং পিতবসন অমসুং ডা: ক্লার্কসন; ১২ শুবা বর্মা রেজিমেন্টগী কেপ্তেন প্রেসগ্রেভ অমসুং লে: গ্রান্টগী লুচিং মখাদা সিপাহী ১০০; রেজিমেন্ট অসিমক্কী শগোন তোংবা লান্মী ৪০; লে: পারসে অমসুং লে: কোক্সগী মখাদা ২ শুবা মাউন্টেন বেটরীগী নোংমৈ তোপ অনিগা লোয়ননা

চঙশিল্লকইবা বৃটিশগী পনমাঙ থংবা লান্মী অসিদা মৈতৈশিংগা (য়েক্র বশিংগা) লাল শোক্লবা হৌনবা হুকুম পীরমদে; মৈতৈশিংনা লালগীদমক করম্না শেমশারিবগে হায়বসিতং খঙদোক্লবা লাকখিবনি । মসিনা পান্দম ওইরগা, লেফটেনেন্ট কোক্সগী শগোল তোংবা বৃটিশ লান্মীশিং অদুনা নুমিৎ খুদিংগী লাঞ্জাবা চৎলমই । করিগুম্বা কালদা মৈতৈগী লান্মীশিংনা বৃটিশগী লাঞ্জাবা খুৎপু অসিদা নোংমৈ কাপশীল্লকপসু য়াওরমই ।

মার্চ ২৯, ১৮৯১ নোংমাইজিংগী অহিং অদু ভারতকী ভাইসরোয় অমসুং গভর্নর জেনেবেল, লোর্ড লেন্সদাউন নাইনিতালদা লৈরমই অমসুং নুমিৎ অদুদা মহাক্লা ইহান হানবা ওইনা পাউ ফংখি - যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ ফাবা ঙমদ্রে অমসুং আসামগী চিফ কমিশনার জে: দব্লিউ: কুইন্টন নচিংবা বৃটিশগী অফিসারশিং বন্দি ওইনা মণিপুরীশিংগী মখুৎ চনখ্রে । ভাইসরোয়না কুমাউনগী চীংশিংদা টুব চৎনবা হান্না শেমলম্বা প্রোগ্রাম অদু ককথৎলগা খোঙলৈ থুনা সিমলাদা হল্লকলমই । হল্লকপগা মাগী কাউন্সিলগী মীওইশিংগা ৱা তান্নরমই । বৃটিশগী অফিসারশিং অদু, মৈতৈশিংনা মতমদু ফাওবা বন্দী ওইনা থল্লিবোই খল্লদুনা, চিফ কমিশনর অমসুং অতৈ বৃটিশ অফিসারশিং অদু মথ্বায় কন্ননবা, ভারত সরকারনা মায়গৈ অহুমদগী - অৱাং, নোংপোক অমসুং নোংচুপ লোমদগী (হায়বদি কোহিমা, বর্ম্মা অমসুং শিলচর লোমদগী) - মণিপুর তম্না বৃটিশগী লান্মী চঙশিন্নবা হুকুম তৌরমই । ৪৩শুবা রেজিমেন্টগী কেপ্তেন কাউলিনা লুচিংদুনা লান্মী ২০০ গা লোয়ননা লুসাইগী লমদগী লাল লোইদুনা হল্লকপা খুৎপু অদুসু মণিপুর তম্না চংশীন্নবা হুকুম পীরমই । মণিপুরদা থোক্লিবা অৱাবা থৌদোক অদুগী পাও ফংবদা ভারতকী মফম কয়াদগী ভোলুন্টিয়র কযাসু চোংথোরকখি ।

**এপ্রিল ১১, ১৮৯১ ইং**

ভারত সরকারনা মণিপুর তম্না চঙশীন্নবা বৃটিশগী কলম (Column) অহুম শেমগৎলমই।

মিলিটরী ডিপার্টমেন্ট, শিমলা, এপ্রিল ১০, ১৮৯১ ইং, ফিলদ ওপরেশন মণিপুর:-

নং ৩৪০ - গভর্নর জেনেরেল-ইন-কাউনসিলনা, মখাদা ইরিবা লান্মীশিং অসি মণিপুরদা থাবগী অয়াবা পীরে। মণিপুর চৎকদৌরিবা লান্মী অসিগী মমিং “মণিপুর ফিল্ড ফোর্স” হায়না খঙনগনি।

মখাদা মমিং ইবিবা আফিসারশিং অসিনা ফোর্স অদুগী থবক পুগনি অমসুং মখোয়না থবক পায়বা নুমিত্তগী হৌনা মখোয় পুন্বা হাপ্লবনি।

**টুমু কলম :-**

| | |
|---|---|
| *কমান্দ তৌগদবা* | ঃ ব্রিগেদিয়র জেনেরেল টি: গ্রাহাম, সি: বি:, রোয়েল আর্টিলরি; হৌজিকমক মিয়িংমান জিলা কমান্দ তৌরিবা। |
| *ওর্দলি আফিসার* | ঃ সেকেন্দ লেফটেনেন্ট সি: জে: সেকভীল, কিংস রোয়েল রাইফল কোর্জ। |
| *এদজুতেন্ট জেনেরেল* | ঃ লেফটেনেন্ট কর্নেল এ: জি: বি: তাবনান, ৪৪ শুবা বেঙ্গল ইনফেনত্রি, হৌজিক হৌজিক |

| | | |
|---|---|---|
| | | মিয়িংমান ডিস্ট্রিক কী এদজুতেন্ত জেনেরেল ওইরিবা। |
| *কমিসারিয়েৎ আফিসার* | ঃ | লেফটেনেন্ট এফ: এইচ: তোমাস্, ১৫ শুবা মাদ্রাজ ইনফেনত্রি - (দিপুটি এসিসতেন্ট কমিশারি জেনেরেল)। |
| *ট্রান্সপোর্ট অফিসার* | ঃ | লেফটেনন্টে বি: দব্লিউ: মারলো, ২৩ শুবা মাদ্রাজ ইনফেনত্রি (দিপুটি এসিসতেন্ট কমিশরি জেনেরেল)। |
| *সুপরিনতেনদেন্ট ওফ আর্মি* সিগনেল্লিং | ঃ | সেকেন্দ লেফটেনেন্ট আর: আৱেন, ওক্সফোর্দশায়ার লাইট ইনফেনত্রি। |
| *প্রিনসিপাল মেদিকেল আফিসার* | ঃ | সর্জ্জনমেজর পি: এন: মুখর্জি, ইন্দিয়ান মেদিকেল সার্বিস, মাদ্রাজ। |

*মখোযনা লোয়নবকপা খুৎজু - খুৎলাইশিং ঃ*

নোংমৈ তোপ মরি, নং ২ মাউন্টেন বেটরী, রোয়েল আর্টিলরি (নোংমৈ অনিনা ফোর্ট হ্বাইটদগী; অনি অমনা মণ্ডলেদগী) সেকেণ্ড বাতালিয়ন, ওক্সফোর্ডসায়ার লাইট ইনফেনত্রিগী সিপাহী ২০০, ৪ শুবা কিংস রোয়েল রাইফলগী বাতালিয়ন তঙ্খাই অমা; ৪ শুবা গুর্খাগী ২বা বাতালিয়ন; মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী ১২ শুবা অমসুং ৩২বা রেজিমেন্ট [1]। অৱাং, নোংপোক অমসুং নোংচুপ - মায়গৈ অহুমদগী বৃটিশগী লান্মী, মণিপুর তম্না চঙশীল্লকলে হায়বা পাউ তাবগা, মনিপুবগী মহারাজনা মায়পাকস্না ৱাংখৈরাকপা [2], ওর্ফে লোকেন্দ্র বীরজিৎ সিংহ

1 গেজট ওফ ইণ্ডিযা, পটি ১, এপ্রিল ১১, ১৮৯১ ইং, ১৮৮ ৮৯।
2 মাযপাকস্না ৱাংখৈবাকপসি ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী মজাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্র মহাবাজনা পোকপা কৈফাস্নাগী মচানিপা শাজৌবা সেনাপতিগী মচানি।

অমসুং রুদ্র সিংহ্ য়েংখোইবা মেজর [3]- অনিগী লমজীং মখাদা সিপাহী ৭০০ গা লোয়নননা টুমুরোমদগী চঙশীল্লকলিবা বৃটিশগী কলম অদু থিংনবা থারমই । অসুম্না লুরবা তানফম অসিদা [4] সুবেদার পাউনা ব্রজবাসী অমসুং চোংথা মিয়াবু [5] মেজর হাপ্লগা, টুমুরোমদগী চঙশীল্লকলিবা বৃটিশ লান্মীশিং অদু থিংনবগী থৌরাংদু মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা ওইনা, মেঞোব অনি অসিগী লুচিং মখাদা সীপাহী ৪০০ অমগা অমুক থাজিল্লমই ।

ৱাংখৈরাকপা অমসুং য়েংখোয়বা মেজরগী মখাদা লাকখিবা মৈতৈ সিপাহীশিংনা থৌবালদা অকনবা অমসুং চেকশিন্না ঙাক্লবা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরমই । পলেলদা বৃটিশগী সিপাহীশিং কেম্প শাদুনা লৈরে পাউ ফংবদা, ৱাংখৈ মৈরাবা পোইলানা লুচিংদুনা মৈতৈ সিপাহী খরা ককচীং ফাওরগা, পলেল য়ৌনবা অমসুং চোংথা মিয়া অমসুং পাউনা ব্রজবাসী -মেজর অনিবুনা বর্ম্মা রোদতা চৎলগা পলেল তম্না চঙনবা য়াথং পীরমই । এপ্রিল ২৩ গী অয়ুক্তা পলেলদগী মেজর সার চার্লস লেসলিনা লুচিংদুনা গোর্খা লান্মী ১৫০, ১২ শুবা বর্ম্মাগী শগোলতোংবা লান্মী খরগা লোয়নননা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবদা ককচীংদা থুংখি । ৱাংখৈ মৈরাবগী মৈতৈ লান্মীশিং অদুনা ককচীং য়ৌরকপদা মেজর লেসলিগী বৃটিশ সিপাহীশিংনা হান্না লুমদুনা লৈরমদুনা, খঙহৌদনা চোংথোরক্লুনা মৈতৈ লান্মীগা বৃটিশকা থাঙগা থাঙগা হাকথেংননা য়ান্নরমই । খুৎ থোক্লবা অদুদা মশীং য়ান্নবা বৃটিশ সিপাহীশিংগী মায়োক্তা মথৌনা লৈনা অকনবা লাল শোক্লরবা তুংদা, এপ্রিল ২৩, ১৮৯১ ইংদা ককচিংগী মনাউচীংদা ৱাংখৈ মৈরাবা য়াওনা, মৈতৈগী লান্মী ২০ মথ্বায় থাখি [6] ।

---

3 রুদ্র সিং য়েংখোইবা মেজর, অপোকপা দামু সিংহ, চিংমৈবোং । মহাক ১৮৯১ ইংদা চহি ৬৬ শুবে ।

4 পাউনা ব্রজাবাসি ওর্ফে নাওল সিংহ মেজর, অপোকপা পাওনম তুলসিবাম, হাউবম লৈকায (হৌজক্কী বাবুপাবা) শকাব্দ ১৭৫৫ গী পোইনুগী ৮ নিদা পোকখি ।

5 চোংথা মিয়া মেজর খ্বাই ললাম্বুং, অপো... ...ধবাম (বদ্রিযান) ইং শোক ১৮৯১ দা মশাগী চহি ৫০ শুবে ।

6 চৈথাবোল কুম্বাবা ।

মতম অসিদা বৃটিশ সিপাহীশিংনা (টুমু কলমগী) মথংশিৎনা পলেল, ককচীং অমসুং লাংঙথেল খুদুম চন্দুনা মখোয়গী লম ওইখ্রে। পলেলদা লৈরিবা বৃটিশ তেঙ্গোলগী (মখোয়গী হেড কাটরনি) লাঞ্জাবা সিপাহীশিংনা চথোক চৎশিন তৌবা অদু উরদুনা মেঞ্জোর অনিগী (পাওনা অমসুং মিয়া) লুচিং মখাদা চঙশীল্লকলিবা মৈতৈ লান্মীশিংনা মখাতানা চঙশীনবা ওইথোকখিদরে। মরম অসিনা মৈতৈশিংনা ইন্দো-বর্ম্মা রোদকী নোংচুপ থংবদা লৈবা খোংজোম তুরেলগী মপান্দা তেঙ্গোল শারমই [7]।

**ব্রাংখৈ মৈরাবগী বংশাবলী :-**




**মৈতৈগী তেঙ্গোলগী শক্তম ঃ**

য়েরুম মওং হায়রপ মানবা, মরাক্তা গজ ৪০, ময়ুংদা গজ ৫০ শাংবা মৈতৈগী তেঙ্গোল অদু, ইন্দো - বর্ম্মা রোদতগী নোংচুপ লোমদা গজ ২০০ চৎলগা লৈবা খোংজোমগী (ইম্ফালদগী কি: মি: ৩২ থাপ্পবা) লৈতেম মান্নবা লম্পাক অমদা লৈপাক্লা লৈরং তাখৎলগা শারমই। লৈপন অদু য়েক্রবনা চঙশীল্লকপা থিংনবা, মায়গৈ মবিমক্তা

7 (a) ইন্দিয়া ওফিস লাইব্রেরী এণ্ড রেকোর্দস (লণ্ডন) Ref 104-MSS Eur D 485 p 360
(b) চৈথারোল কুম্বাবা।
(c) মণিপুর প্রহেলিকা জানকীনাথ বশাক

ফুট ৪ রোম ৱাংনা খাগৎলমই। লানবনগী অকোয়বদা ফুট ১২ লুবা, ফুট ১২ দগী ১৫ ফাওবা পাকপা; ফুট অহুম মরিরোম থন্না ঈশিং থাজিল্লবা লাংখোং অমনা লালবনগী নোংপোক নোংচুপ অমসুং খা থংবদা কোয়শিল্লি। হায়রিবা নালা (লানখোং) অসি অৱাংবা শিংঙুৎ, লাং অমসুং তুম্বৌনা খনজিনখিবা মরম্না, য়াম্না নকশিল্লকলবা, নালাদুদা ওন্থগে তৌরবা মতম অদুৱাইদতা উরকই; থাপ্লিঁঙৈদদি উবা ফংলমদে। অসিগীসু মথক্তা, লানবনগী অকোয়বদা অমসুং ৱাংমদা, কোম মচা মচা কয়ামরুম তৌরগা মনুংদা মচিন তুম্বা উচুক কয়ামরুম য়ুংলগা, মথক্তা নাপী অমসুং শীংনাং কুপ্তুনা থন্নমই। য়েক্লবশিং (হায়বদি বৃটিশ সিপাহীশিং) কোম অদুগী মনুংদা তাশিন্নবা থৌরাংনি।

লানবনগী লৈপনগী মনুং থংবা শরুক্তা ইকোই কোইনা তৌরবা অরুবা কোম মনুংদা লৈদুনা, মৈতৈ লান্মীশিংনা লান্থেংননবা শেম শাদুনা লৈবমই। লানবনগী ময়াইথংবা শরুক অদুদা ইনা কুপ্পা, ৱায়ুম কয়ামরুমসু শাবমই। লৈপাক্লা লৈরং তারগা শাবা মৈতৈশিংগী তেঙ্গোলগী নোংপোক থংবদা, চীং মথক্তা মৈতৈগী মপাঙ্গল লৈবা লান্মী কাংলুপ অমসুং পৈদুনা লৈবমই।

মাঙজিন থারক্লিবা বৃটিশগী লান্মী খুৎপু অসিগী পান্দমদি, লাঞ্জাদুনা চাউবাক্লা ফীভম য়েংবা (Recce) অমসুং মৈতৈশিংদগী পাউ খঙদোকপা লাকখিবনি। বৃটিশগী লান্মীশিংনা মৈতৈশিংগী কেম্প অদুগী মনাক্তা হেক নকশিল্লুবগা মখোয়দা মৈতৈশিংনা নোংমৈ কাপশিল্লকই। এপ্রিল ২৪, ১৮৯১ ইংগী অঙনবা অয়ুক্তা ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী ৩৪ শুবা শগোনতোংবা লান্মীশিং লোয়নরদুনা লেফটেনেন্ট কোক্সপু ইন্দো বর্ম্মা লম্বী মতুং ইল্লদুনা পলেলদগী অৱাংলোমদা লাঞ্জাবা থারমই।

খোংজোম য়ৌরকপা মতমদা লে: কোক্সনা মাগী শগোল তোংবা লান্মী খরা শগোলদগী কুমথহল্লগা, মনাক নকপা চীংদুম অমা কাখৎতুনা মহাক্না মৈতৈশিংনা করম্বা থৌরাং তৌরিবগে হায়বদু য়েংলমই। মৈতৈশিংনা য়েক্লবগী খুৎপু লান্মী উবদা নোংমৈ কাপশীল্লমই ৪। লাল অসি য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওইবা য়ারকপা মওং উরদুনা, খোংজোমগী মেজর অনি - পাউনা অমসুং চোংথা মিয়ানা থৌবালদা লৈরিবা মৈতৈগী পন্নীংগী লুচিংপুরেল (মায়পাকম্না ৱাংখৈরাকপা) দা মপাঙ্গল লৈবা বম তোপ (Pounders of high calibre) পীবীরক্লবা হায়জখি। অদুবু মখোয়না হন্না হন্না অহুমলক হায়জবদু য়াবিরক্ত্রবদা খোংজোমগী মেজর অনি অদুনা বৃটিশগী মাউন্টেন গনগী (তোপ) মায়োক্তা মতীক মপা চানদবা খুৎলাই খরনা লাম্ভেংনবা তাখিরমই ৯। এপ্রিল ২৪, ১৮৯১ ইংদা লালওংগী ফীভম খংলবা তুংদা মাঙজীন থানা লাকলিবা বৃটিশ লান্মীশিংগী কমান্দিং অফিসার মেজর সার চার্লস লেসলিনা তেংনৌপলদা পন্দুনা লৈরিবা টুমু কলমগী জেনেরেল অফিসার কমান্দিংদা খুদক্তা মৈতৈশিংগী মথক্তা লান্দারগে হায়বগী অয়াবা পীবীনবা হায়জখি। তৌইগুম্বসুং, এপ্রিল ২৫ গী অয়ুক্তা পলেলদা থুংলগদবা ৬০ শুবা কিংস রোয়েল রাইফলসগী লান্মীশিং লাকপা ফাওবদং ঙাইখো হায়না হুকুম পীরকই। অদুমকপু,

8 (a) মণিপুব - এলাহাবাদ ১৮৯১ দা ফোংবা পাউচে, পাইওনিযবদগী লৌথোকপা।
(b) মিলিটৰী প্ৰোসিদিংস (Progs), মণিপুর ১৮৯১-৯২।

9 (a) চৈথাবোল কুম্বাবা (১৯৬৭) লা: ৪৯০।
(b) General Graham left Myingyan on the 9th April ... .. Gen. Graham continued his march, taking with him two guns, reaching Witok . .. about 12-30 AM on the 20th, and Tamu 9-30 the same morning ...... the two guns and 2nd Burma left from Pallel on 23rd, being followed the next day by Gen. Graham with the 4th Kings Royal Rafles. (The third Burma war, 1980-91 chapter-VI, page 60).

লাঞ্জাবা ওইনা মৈতৈশিংনা করি থৌরাং তৌবিবগে খঙদোক্লবা অমসুং তোপশিং অসি কদায়দা খিনগদগে হায়বনচিংবা যেংথোক্লবা তাং ২৫ গী অয়ুক্তা সীপাহী কাংবু অমদি থাজিনখো হায়রমই।

লাইবক চাংয়েংনগদবা নুমিৎ হায়বদি এপ্রিল ২৫ অসিদা নোংমৈ তোপ য়াওদবা মৈতৈগী লান্মীশিংনা নোংমৈ তোপ য়াওবা মশীং য়াম্লবা বৃটিশগী লান্মীগা মথৌনা লৈনা লাল শোক্লবা অদু উবিবগনি। নুমিৎ অদুগী নোংঙাল্লকপা মতমদা কেপ্তেন দ্রুব্রাবীনা লুচিংবা ২/৪ গুর্খাগী সিপাহী ৫০, ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনঁফেনত্রিগী সিপাহী ৫০ না লেফটেনেন্ট গ্রান্টকী লুচিং মখাদা অমসুং লেফটেনেন্টে কোক্সগী লুচিং মখাদা, ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ত্রিগী শগোল তোংবা লান্মী ৩৫, থৌবাল লম্বীদা চঙশীল্লকলমই। শগোল তোংবা লান্মীশিং অদুনা লম্বীদগী নাথৈদুনা মৈতৈ তেঙ্গোলগী নোংচুপ হাযবদি ওইবোমথংবদা অদুগা খোংমী লান্মীশিংদুনা চীং অদুগী অকোয়বদা চৎলগা মৈতৈ তেঙ্গোলগী যেৎথংবরোমদা হাযবদি নোংপোক লোমদগী চঙশীল্লকখি।

বৃটিশ লান্মীগী লাঞ্জাবা খুৎপুগী লুচিংবা কেপ্তেন দ্রুব্রাবীনা পলেলদা লৈন্নিবা মখোযগী অফিসাব কমান্দিংদা মৈতৈগী তেঙ্গোল কোযশীল্লে, মবম অসিনা অহেনবা সিপাহী খবগা তোপকা থাবিবকউ অমসুং খুদক্তা মৈতৈ তেঙ্গোলদা লান্দানবা হুকুম পীবীবকলো হাযবমই। তাঞ্জা অসিদা জেনেবেল গ্রাহাম, মহাক্কী ষ্টাফশিংগা লোযননা পলেলদা থুংলমই। কেপ্তেন দ্রুব্রারীগী মখাদা চঙখিবা বৃটিশগী সিপাহী কাংলুপ অদুনা মৈতৈশিংগা লান্থেংনবদা খব নোপকদৌবা মাল্লদনা, মাগী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা, কেপ্তেন বনদল অমসুং কার্নৌগ গী মখাদা ২/৪ গুর্খাগী সিপাহী ২০০ গা লেফটেনেন্ট পাবসেগী মখাদা ২ শুবা মাউন্টেন বেটবীগী তোপ আনগাসু মৈতৈগী

তেঙ্গোল মথক্তা লান্দানবা হুকুম পীরমই। খোংজোম লান্দা অপুনবা বৃটিশ লান্মীগী কমান্দরদি ২ / ৪ গুর্খা রেজিমেন্টগী কেপ্তেন রনদলনা ওইখি।

মৈতৈনা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরিবা অদুগী খা-নোংচুপ লোমদা চৎতুনা য়েক্লবনা (মৈতৈনা) মায়গৈ অদোমদা চেনথোকখিবা ঙমদনবা থৎলু হায়না শগোলতোংবা লান্মীগী লুচিংবা কেপ্তেন রনদলনা ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী লেফটেনেন্ট কোক্সতা হুকুম পীরমই। অদুগী তুংদা মহাক্লা, মৈতৈ তেঙ্গোল শারিবা মফম অদু নীংথিনা উবা তোপ খিনবা য়াবা অৱাংবা জাগা অমা খল্লমই। রোয়েল আর্টিলরিগী লেফটেনেন্ট পরসে লোয়নরগা, নোংমৈ তোপ অনিখক মৈতৈ তেঙ্গোলগী নোংপোক্তা, গজ ১০০০ থাপ্লা লৈবা লাংঙথেলগী চীংথক্তা অমসুং ২ / ৪ গুর্খা রেজিমেন্টগী কেপ্তেন কারনেগিনা মখা রোমদা তোপ খিনগদৌরিবা মফম অদুদগী য়েৎ লোম থংবা মায়কৈদা, গজ ৬০০ থাপ্লা মৈতৈ লান্মী খর ফমদুনা লৈবা উরমই। মদু মহাক্লা নোংমৈ অমুক অনিরক কাপশিন্দুনা তানখায়রমই। অদুগী তুংদা, ফুট ৪০০ রোম ৱাংবা চীং অদুগী মতোন্দা পুখত্তুনা খিল্লগা [10], গজ ১০০০ থাপ্লা লৈবিবা মৈতৈ তেঙ্গোল তম্না বম কাপশিল্লকই। মতাং অসিরাইদা কেপ্তেন দ্রুৱারিনা, ২ / ৪ গুর্খা রেজিমেন্টগী সিপাহীশিং লোয়নবদুনা অমসুং লেফটেনেন্ট গ্রান্টনা ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী সিপাহীশিং লোয়নরগা, মৈতৈশিংনা কোম মনুংদা পাকথদুনা খুকউ শেন্না লৈবিবা মফম অদু তম্না-অৱাং লোমদগী লে: গ্রান্ট অমসুং খা রোমদগী কেপ্তেন কাবনেগিগী লান্মীশিং চংশীল্লমই। তৌইগুম্বসুং মৈতৈশিংনা মখোযনা লৈরিবা মফম অদু চেকশিন্না ঙাক্তুনা বৃটিশ লান্মীশিংদা নোংমৈ মচা অমসুং অশুবী নোংমৈনা কাপ্পা হৌরমই। বৃটিশগী শগোল লান্মীনা থৌজিলক্তুনা মৈতৈ তেঙ্গোল নকশীল্লকলবা

10) চীং মচা অসি ঙাসি ফাওবা 'লানঙম চীং' হায়না খঙনবি।

মতমদা, তোপ কাপ্পা অদু লেপখিরমই। হেক লেপখিবগা মৈতৈশিংনা তেঙ্গোল শারিবা মফম অদু বৃটিশগী খোংমী অমসুং শগোল লান্মীনা মায়গৈ অহুমদগী ফুজিল্লমই। বৃটিশশিংনা হোৎচিল্লকপা মতমদা লান্মী কয়ামরুম তেঙ্গোল মমাংগী নালা অদুদা তাশিন্দুনা, মদুদগী লৈরাইদা কাখৎনবা হোৎনরিঙৈদা মৈতৈশিংনা লেপ্তুনা নোংমৈ কাপশিল্লমই। অদুম ওইদুনসু, মশীং য়াম্লবা বৃটিশগী লান্মীশিংদুনা, অহানবদদি লানবন মমাংগী থাঙ্গপাৎ অদু লাম্থোক্লবা হোৎনবদা অপনবা খরা লৈরম্লবসু, তেঙ্গোল মনুং চঙশীল্লক্কুনা, বৃটিশশিংগী শঙ্গীনগা মৈতৈগী তা, গুর্খা সিপাহীগী খুক্রীগা থাঙ-চুঙ্গোইগা হাকথেংননা য়ান্নরমই। অদুবু মমৈথংদা মৈতৈশিংনা মায়থীদুনা লাল অদু বৃটিশশিংনা জয় ওইখি।

কোন্না মশীং থীবদা, লাল অদুদা তেঙ্গোল মনুংদা শিখিবা মৈতৈ ৭৬, অশোকপনা ২ অদুগা তেঙ্গোলগী হেক মপান্দনা অশিবা ৫২ নি। মসিগী মনুংদা নালাদা শিদুনা তাশিনখিবা অমসুং তোপ কাপ্পদা শীখিবা মীগী মশীংদি খঙদ্রে। শীরে হায়বা শোয়দ্রে খঙলিবসি পুন্না মৈতৈ লান্মী (৭৬ + ৫২)=১২৮ নি।

লালগী রিপোর্ট - ভাইসরোইনা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট ফোর ইণ্ডিয়া (লণ্ডন) দা এপ্রিল ২৮, ১৮৯১ ইংদা থাবা টেলিগ্রামগী ব্রারোল মখাদা পীজরি :-

মণিপুর টুমু কলম। মণিপুরদগী মাইল ২৯ থাপ্না লৈবা পলেলদগী গ্রাহামনা পাউ পীরকই। ৪ শুবা গুর্খাগী ২ শুবা বাটালিয়নগী লাঞ্জাবা খুৎপুগী লুচিংবা কেপ্তেন দ্রুব্রারিনা পলেলদগী মাইল ৫ রোম থাপ্পা লৈতেম মান্নবা জাগা অমদা লৈপাক্না শাবা লানবন অমগী মনুংদা য়েক্লবা ১০০০ রোম লৈবা থেংনরমই। মখোয়না চেনখিবা য়াবা লন্বী পুন্বা কেপ্তেন

দ্রুব্বারিনা থৎচিল্লমই অমসুং গ্রাহামনা, ২/৪ গুর্খা অমসুং ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী সিপাহী ৩৫০ না তোপ কাপশিল্লেৎদা, য়েক্লবগী মথক্তা লান্দারমই। খুৎকা খুৎকা হকথেংননা য়ান্নরবা তুংদা, য়েক্লবনা য়াম্না অখাঙ কন্না ঙাক্তুনা থম্বা লৈপাক্কী লানবন অদু জয় তৌরমই, মদুদা শিখিবা য়েক্লবা মশীং ১২৮, লানবন মনুংদা অমসুং মপান্দা, অমসুং তোঙ্গোল কায়দুনা চেল্লবা মতমদা শগোল তোংবা লান্মীনা কয়া অমসু হাৎখি[11]।

লাল অদুদা নাকল অনিমক্কী অশোক অপন য়াম্না নংখি। বৃটিশগী মায়গৈদা শিখিবদি (১) জেমাদাব কিব্বাম গুরুং, ২/৪ গুর্খা বেজিমেন্ট, (২) নং ৯৩৯ সিপাহী দালিযা থাপা, ২/৪ গুর্খা বেজিমেন্ট।

**অশোকপশিংগী মমিং :-**

| | | |
|---|---|---|
| কেপ্তেন পি: এম: দ্রুব্বাবি | ঃ | ২/৪ গুর্খা রেজিমেন্ট, লানবন মনুংদা নোংমৈ কুন্দানা ফুবদা ওইথংবা খুৎ থীনা শোকখি। |
| কেপ্তেন পি: এম: কাবনেগি | ঃ | ২/৪ গুর্খা, লানবন মনুংদা, মফৈবাক্তা পানবা গুলিনা ফাওদোক্লুনা চৎখি। |
| লেফটেনেন্ট সি: জে: দব্লিউ: গ্রান্ট | ঃ | ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেনত্রি, লানবনগী ব্রাংমদা, মঙক্তা নোংমৈ পান্দুনা তুরমই। |
| লেফটেনেন্ট কোক্স | ঃ | ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেনত্রি। শগোল তোংবা লান্মীগী কমান্দরনি। য়েক্লববু তান্নবদা ওইথংবা লেংজুমদা নোংমৈনা পান্দুনা শোকই। |

11 Military Progs Manipur 1891-92
Correspondence relating to Manipur (London), 1891

| | |
|---|---|
| লেফটেনন্ট এ: গ্রান্ট | ঃ২/৪ গুর্খা রেজিমেন্ট ওইথংবা খুদাংদা নোংমৈনা পানদুনা শোকই। |
| সুবেদার মেজর কলপতি গুরুং | ঃ ২/৪ গুর্খা; লানবন মনুংদা, সর্দ্দার বাহাদুর মখোংদা নোংমৈ মরু ফাওদোকখিবা। |
| নং ১১২, হবিলদার জীতমন্ রায় | ঃ ২/৪ গুর্খা; থাঙনা য়াম্বুরকপদা, নালা মমাংদা হকথেংননা য়ান্নবদা মকোক্তা শোকপা। |
| নং ৫২৩, নাইক পিরথী ধন রায় | ঃ ২/৪ গুর্খা; লানবন মনুংদা থীনা শোকই। মফম অহুমদা - মকোক্তা, মনমঙ্গন্দা অমসুং পাম্বোমদা, হাকথেংননা য়ান্নবদা থাংনা শোকখি। |
| নং ৬৫৬, সিপাহী মহাদল লিম্বু | ঃ ২/৪ গুর্খা; লানবন মনুংদা হাকথেংননা য়ান্নবদা শাথীনা শোকখি। |
| নং ৫৭৫, সিপাহী দানসিং চান্দ | ঃ ২/৪ গুর্খা; লানবন মনুংদা নোংমৈ মরু অমনা শাথীনা শোকহনখি। |
| নং ২৯০, সিপাহী ধন্ সিং খত্রি | ঃ ২/৪ গুর্খা; লানবনগী লৈপলদা শিবা য়ানা শোকই। |
| জেমাদার বিরবল নাগরকোটি | ঃ ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেন্ট, বেঙ্গল ইনফেনত্রিগী। সাহেব ৫ মণিপুরী |

শিংনা হাৎখ্রবা মতুংদা গুর্খা সিপাহী ৩৫ গী কমান্দর ওইনা লংথবালদগী টুমু য়ৌনা মৈতৈশিংগী থানা কয়া নমথেক্তুনা চেল্লকপা মীনি। মহাক খোংজে'মদা শোক্লবা লান্দা ময়াদা নোংমৈনা পান্দুনা থিনা শোকখি।

| | | |
|---|---|---|
| নং ২৭১, সিপাহী ভোলা সিং | ঃ | ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগীনি। লানবন মনুংদা হাকথেংননা য়ান্নবা লানফমদা শরুক য়াখি। মখোংদা নোংমৈনা পান্দুনা থীনা শোকখি। |
| নং ৬৩৭, সিপাহী ধ্যাল সিংঠ | ঃ | ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফের্নত্রিগীনি; লানবন মনুংদা লান্দাবা হৌদ্রিঙৈদা, লানবন মপান্দা শাথীনা শোকখি। |
| শিখবা মশিং - ২/৪ গুর্খাগী | ঃ | ২ |
| অশোকপশিং - ২/৪ গুর্খাগী | ঃ | ৮ |
| ৪৩ শুবা গুর্খাগী | ঃ | ৯ |
| ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফের্নত্রিগী। | ঃ | ৪ |

[12]অশোকপশিংগী অপূনবা মশিং ঃ ১৩

বৃটিশগী মায়গৈদা শিখিবা অপূনবা মশীং ঃ ৫

12 Military Progs PP264 265/266/267/268

মৈতৈশিংগী মায়গৈদা শিখিবা

খোংজোম লান্দা শিখিবা মৈতৈগী লান্মী অমসুং অঙম- অথৌশিং :- মেজর পাউনা ব্রজবাসী, খুম্বোং মেজর, চীংলেন স্না, লোইতোংবা জমান্দার, কৈশা জমান্দার, হৈরাং খোংজা মেজর, ব্রাংখৈ মৈরাবা পোইলা অসিনচিংবা।

13 চৈথারোল কুম্বা [illegible]




২.

# অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি ।

চোংথা মিয়া সিংহ ইং শোক ১৮৪১ দা খ্বাই ললাম্বুংদা পোকখি [14] । মহাক্কী অপোকপগী মমিং বুধিরাম কৌই (বৃটিশশিংনদি বদ্রিয়ান নত্রগা বদেরিয়ান হায়না ইরি) [15] । চোংথাম শাগেনা ললাম্বুংদা য়াম্না মঙান লৈনা পাল্লম্বগী প্রমানদি - শাগে অসিগীদমক তোখাইনা মং অমা নিংথৌনা পীরমই। মং অদু ঙসি ফাওবা নাগমপালদা , 'চোংথাম মং' হায়না লৈরি। নাগমপাল শিংজুবুং লৈরক্তা চঙশীল্লগা - লম্বী মপানগা হেক তাইনবদা পৃথ্রি অমা লৈরি। মসিবু চোংথাম পৃথ্রি হায়না কৌই। সরকারগী রেভিন্যু রেকোর্দতসু ঙসি ফাওবা 'চোংথাম পৃথ্রি' হায়না অদুম লৈরি [16] । মফম অসিগী মনাক্তা চোংথা মিয়াগী পোকফমনি । চোংথাম বুধিরামনা মন্ত্রীময়ুমগী সনা অমা লৌদুনা মচা নিপা ৬ পোকপগী মনুংদা, মিয়ানা ৪ শুবনি। মচানিপা ৬ কী মনুংদা - তোনুখোম, ঝুলোন অমসুং মাইপাক মখোয় ৩ দি ঙন্তা লৈখিদ্রে - অদুনা মিয়ানা ইতোন তোম্বা মচা ওইনা লৈহৌরে । মরম অসিনা অঙাং ওইরিঙৈদা

14 মহাক্কী বিচারগী মতমদা, চোংথা মিয়া সিংহ মশামক্তা হায়খিবনি।

15 সাহেবশিংনা মৈতৈগী ৱাহৈশিং চুম্না ইরমদবা য়াম্না থেংনৈ । খুদম ওইনা শাপমবু বাপম; ককচীংবু কাকাসেন, খোংজোমবু কোঞ্জোল, থাঙ্গালবু তোঙ্গাল, থৌবালবু তোবাল, মুতুম ফিবৌবু মুতুম পিবো, উসববু উর্সব অসিনচিংবা।

16 চোংথাম মং - দাগ নং ৩৪০৬, খুল নং ৮৯ খ্বাইললাম্বুং, চোংথাম পৃথ্রি - দাগ নং ১০৬৯।

মীয়াগী মমিং [17] চোংথাম ইবোতোন হায়না খঙনরমই। মিয়া হায়বা অসিদি মমিং নত্তে, নীংথৌনা পীবা উপাধিনি। মণিপুরগী ইতিহাসদা মিয়া কৌবা মৈতৈমচা অমত্তা লৈখিদে; শুপ্নগী চোংথা মিয়া মথন্তনি। উপাধি অসিমক্না মমৈথংদা মমিং ওইনা ফাওখিবনি। করি মরমগী মিয়া থোনখিবনো হায়বগী মতাংদা অইবা ওইনা রেকোর্দ থোইনা ফংদে অদুবু ঙাসিফাওবা চীন্থাংদা মথং মথং শমথরকপা ৱারীদি লৈরি। হেক তাবমক্তদা মিয়া হায়বা ৱাহৈ অসিনা ঐখোয়দা পাঙলগী শক্তম অমা ফাওহল্লি। খংদবশিংনদি চোংথা মিয়া হায়বসিবু পাঙল্লা, মৈতৈরা খঙনীংই। মেজর মিয়া মৈতৈনি - মহাক্কী শাগৈগী বংশাবলী খঙনবা জেনিওলোজিকেল ট্রি অমা লাইরিক অসিগী অরোইবদা হাপচরি। 'মিয়া' হায়বা ৱাহৈ অসি মুশ্লিমশিংগী য়াম্না ঈকায়খুম্ন বা অমসুং থাক ৱাংবা উপাধিনি। পাঙল খুদিংদা মিয়া কৌবা য়াদে; থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ লৈবা খরতদা কৌবনি। মতৌ কবম্না চোংথা মিয়া হায়না কৌখিবনো হাযবগী মবমদা অসুম্না হাযনবা লৈ :- চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ স্না হাক্তক্তা পাঙলশিংনা ঈবাং হৌরক্লবা মতমদা - মখোয়না লোন্না শেমশারিবা ময়াম অদু খঙদোক্লবা নীংথৌনা মাগী মনাই চোংথাম ইবোতোন্দা থৌদাং শিন্নখি। মহাক্কী মীওই মীতৌ ফবা, ৱাং-চাউবা শক্তম অদুদা পাঙলগী ফিজোল শেত্তুনা পাঙলশিংগী অরোন অথুপ্পা থৌবাং খঙদোক্লবা মাবু পাঙল মরক্তা থাজিনখি। থবক অদু মহাক্লা মায় পাক্লা পাঙথোকখিবা অমসুং পাঙল শাবদা মানমনখিবদগী নিংথৌনা মহাকপু "মিযা" হাযদনা নুংশিনা কৌবিখি। নুমিৎ অদুদগী চোংথাম ইবোতোননা, চোংথা মিয়া ওইখি অমসুং হায়রিবা মিঙ্গৌ অসিগা কোন্ননা শিখবনি। ৱারী অসি মুন্না খঙদবনা - খাবৈশোইদগী পাঙল খবা, লম্বোই খোংনাংখোংদা তাবিবা চোংথামশিংদা লাক্লগা 'নখোয়গী চোংথা মিয়া

17 ২০ শুবা শতব্দীগী মযায ওইবা শব্দক্তা মণিপুব শীনবা থুংনা মীযাম্না শকখঙনখিবা অতোপ্পা চোংথাম ইবোতোন অমসু লৈখি। শীংজমৈ চোংথাম লৈকাযদগীনি, চোংথাম মেকানিকেল ইবোতোন হাযনা মমিং চৎখি। (1924-1993)

হায়বসি ঐখোয়গী "চাচা" নি' হায়রবগী পাউ মতম খরগী মমাঙদা তাখি। অসিদা নত্তে - চোংথা মিয়া হায়বসি - মরিংনি হায়বসু য়াওই; তাঞ্জুলনি হায়বসু লৈখ্রি। হায়নীংবা হায়বদা অকায়বা লৈতে মরমদি মসি সংসারগী চৎনবীনি। মী অমনা অফাওবা ওইরকপা মতমদা, মী পুম্নমক্না মাগী শাগৈ-নাতৈ ওইনীংবা হায়বসি মতমচুপ্পদা চুন্নবা ৱাফমনি। থাঙ্গাল জেনেরেলনা ফাওরকপা মতমদা - ঐখোয়গী মীনি হায়না চোংথোরকখিবা কাঙলুপ অসি য়ামখ্রে। কবুই মখৈনা মহাক কবুইনি; মমিং ফাওবা মৌকাইখম কৌই হায়রি। ময়াংখাঙগী থাঙ্গাল শুরুংগী নাগাশিংনসু - থাঙ্গাল জেনেরেল হায়বসি থাঙ্গাল জাতিনি হায়বি। করি অমুক হায়রুগনি - যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাওবা - বাঙ্গালী সুনারী অমগী মচানি হায়না ইরম্বসু থেংনখি। অসিনি সংসারগী হৌনশা। চোংথা মিয়া সিং - পাঙলনি, নত্রগা মরিংনি নত্রগা তাঞ্জুলনি হায়নীংবা হায়জসনু, মদুনা মিয়া মেজরগী মগুণ হেনগৎপা নত্তনা করিসু নত্তে। অশেংবদি, মহাক অসি চোংথাম বুধিবাম না মন্ত্রীময়ুমগী সনা অমা লৌরগা পোকপা ৪ শুবা মচা নুপানি।

পীক্লিকৈঁদগী হৌনা লাক্ল-ফানবা ঙমদবা মথৌনা লৈবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকখি। মতমদুগী চৎনবী থাঙ-তা অমসুং য়েক্লবগা লান্বা তৌনবগী বিদ্যা, শগোল তোংবা, মুক্না শান্নবা, লমজেল চেনবা, কাংজৈ শান্নবদা থোইদোক্না পুক্লিং চঙলকখি। মরম অসিনা নহা ওইনা মশাগী চহি ২০ মুক শুরকপদা কোনুং খন্দুনা সার চন্দ্রকির্ত্তিগী স্না হাক্তক্তা (1834-44/1850-86) মৈতৈ লান্মী অমা ওইনা থবক তৌখিবমই। মথৌনা মবীংজেল লৈবা নুপানিনা, লান্মীদা য়াম্না থুনা ফমথোল মথং মথং কাখি। মথক্তা পঞ্জখ্রিবা খবা অসি নত্তনা, চোংথা মিয়াগী মরমদা থোইদোকপা ৱারী অতৈ থিবা ফংদে। মহাক্কী মমিং অসি ইহান হানবা ওইনা মনিপুব শীনবা থুংনা তাখিবদি, ইংশোক ১৮৮৬ দা স্না বোবাচাউবা, য়াইস্কুল লাকপনা লালহৌবদা, বোবাচাউবগী মীচংদা যাওরুবদগী ফাদুনা

জেলদা তাখিবা অদুদগীনি হায়বা য়াই। বোরাচাউবগী লালগা চোংথা মিয়াগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনবা মরম্না, বোরাচাউবগী লালগী মরমদা খরদং মরীক চুম্না পল্লম্বা য়াম্না মতাং চাবা ওইগনি।



## ৩.

## য়াইস্কুল লাকপা বোরাচাউবগী লাল ।

স্না বোবাচাউবা যাইস্কুল লাকপা, নবসিংহ মহাবাজগী (1844-1850) মজাইবুংঙোনি । বোবাচাউবনা নীংথৌ খুভম মুনগদবর্গী লুমদুনা লৈবকপসি কুইববনি । ব্রাফম অসি অবোনবা নভেঃ মতমদুদা লৈপাক শীনবা থুংনা খঙনর্বনি। বোবাচাউবনা খুদোংচাবা তাঞ্জা ঙাযদুনা লৈবনি; শম্না হাযববদা, চন্দ্রাকির্ত্তি মহাবাজ শিবা ঙাইদুনা লৈবনি হাযবা যাই । ইংশোক ১৮৮৬ কী মেগী তাং ২০ দা চন্দ্রকির্ত্তি মহাবাজ নোঙ্গাখি । নীংথৌ শিবে হাযবা পাউ ফংবগা, যাইস্কুল লাকপা বোবাচাউবনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা লালগী শেম শাবমই। মৈতৈশিংগী চৎনবী মতুং ইন্না, নিংথৌ শিবগা অনৌবা নিংথৌ অমা হাপত্রিঙৈদা, নিংথৌগী অশিবা হকচাং অদু সংস্কাব তৌবা যাদে । মতৌ অসুম্না কোনুং মনুংদু পূমলাং লাংলিঙৈ চৈবক অসিদা, সনা বোবাচাউবনা লাল হৌবমই ।

নুমিৎ অদুদা মহাক্লা মাগী শঙ্গাযদগী চুমদ্রিং, কংলা তমশিল্লন্নবদি মণিপুবগী বাজ সিংহাসন মহাক্কী মখুত্তা তাবম্বসু ওইথোক্লর্ম্বান (মহাক্কী শঙ্গাইদি হৌজিক তম্ফাস্না গার্লস হাযাব সেকেণ্ডবি স্কুল লৈবিবা মফমসিদা

ওইরমই) মরমদি মতম অদুদা কংলা মনুংদা মাগী মীচঙ অমসুং মহাকপু পূক্লিংদা লোন্না শৌগৎপা মীওই, মশীং য়াম্না লৈরমই। শৌগাইজাম্বা বলরাম জেনেরেল (বোলাই সিংহ) মহাক্কী, মচে লৌবা মবাইনি। ফোংনা শৌগৎলুবা য়াদ্রবসু, মশেন নিপানা নিংথৌ ওইবা অসি মপুক্লিংদদি মহাকসু শোয়দনা পাম্ফম থোকপনি। মতৌ অসুম্না কংলা মনুংদা লৈরিবা অঙম অথৌ অয়াম্বা মাগী মী ঙাক্তা ঙায়রবনি। তৌইগুম্বসুং অহৌবা মক্তদা মহাক্কী খোঙথাং খরদং শোয়খ্রে। কংলা তম্না চঙশীনবগী মহুৎত্তা, হন্দে দাক্তুনা অহানবদা ক্বাকৈথেল মথংদা নম্বোলদা মহাক্না তেঙ্গোল শেম-শাবমই। মহাকপু লাল খাম্নবা অমসুং থেমজিন্নবা চোংথা মিয়াবু নম্বোলদা থারমই। অদুবু নিংথৌনা পাখোন থারিবা চোংথা মিয়াসু বোরাচাউবগী মীচঙদা য়াওশিনখিবমই। মহাক মথন্তা নত্তে-পাউনা ব্রজবাসী, পূখ্রম্বা ফিঙাং (কাজাউ) নচিংবা শক্লাইরবা মীওয় কয়াসু বোরাচাউবগীদা লাক্তুনা লোইনা যাওখবে। "ঐনা নিংথৌ ওইরবদি লোইনা মেঙোর ফম থিন্দোক্কনি" হায়না থাজবা পীবদগীনি। মসিদা করিসু ঙক্লিংঙাই থোইনা লৈতে মরমদি চাকরী তৌবা মীশক খুদিংনা ফমথোন কানীংবা, প্রমোশন পাম্বা হাযর্বসি হৌনশানি।

অহানবা মায়েক্লবা লানফমদা মহারাজ সুরচন্দ্রগী লান্মীনা (বৃটিশনসু সিপাহী থাদুনা মতেং পাংশিনখি) মায়থীবা পীদুনা বোবাচাউবা ময়াং লৈবাক (কাছার) তান্না চেনখিবমই। মফম অদুদা মী খোম্লগা, অনিবক শুবা ওইনা, অমুক হন্না লান্দারক্লমই। ইরোইশেম্বদা তেঙ্গোল শেম্লে। তৌইগুম্বসুং হন্দকমুকসু নিংথৌগী লান্মীশিংনা মাযথীবা পীদুনা য়াইস্কুল লাকপা বোরাচাউবা বন্দী ওইরে। মহাকপু ফাখিবা অঙম্বা অদুগী মমিং খুৎহৈবা কৈকুংবা (অশেংবা মমিংদি, খুলেম শাজৌ) কৌই। ফারবা মতুংদা মহাক মনিপুর রাংমদা জিলা খারিজ তৌখি।



## ৪.

## চোংথা মিয়া সিংহ ফাবা।

সনা বোবাচাউবা ফাববা মতুংদা নিংথৌখোংজা ডুম্ব্রসিংহ, সত্বালনা লুচিংদুনা মহাবাজগী লান্মী খুৎপু অমা চোংথা মিযাবু ফানবা ইবোইশেন্বা চীং তানা লাকখি। অথাপ্পদগী, মহাকপু ফাবা লাক্লিবা কাঙবু অদু, চোংথা মিযানা উবমই। মীযাম অদুনা খবা নকশীল্লক্লবা মতমদা মহাক্লা লাউবকই, "ইবুংঙোহল, ইবুংঙোহল।" (সনাগী মচাবু ইবুংঙোহল কৌই) খোঞ্জেল অদু তাবদা ডুম্ব্রসিং হাইবপ ঙকচানদুনা লেপ্লমই। মশকসু উদে; খোঞ্জেল অদুনা লাউবক্লিবা অদু কনাদনো হাযবসু খঙলমদে। মহাক্লা ঙকচাননা লৈবদু উবদা চোংথা মিযানা অমুক হন্না লাউবকই, "নঙবুনিনে ঐনা কৌবি'সি। লাকও, ঐবু ফাববো লাউ। নঙনা ফার'দি যাবে; নঙবু পোকপা শক্লাইববা অঙন্বাদি (নিংথৌখোংজা মেঞ্জব পবমানন্দ সিংহ) ঐগী ইপাগসু লুনা চান্না তিন্নবা মহ্নপনি [14]। ঐবু ফাবগী মনা ফংবা তাববসু

14 চোংথা মিযাগী অপোকপা বুধিবামনা, মন্ত্রীমযুমগী সনা অমা লৌবগা মিযা পোকই। নিংথৌখোংজা মেনজোবস্ মন্ত্রীমযুমগী সনা অমা লৌবগা ডুম্ব্রসিংহ পোকপনি। মবম অসিনা, চোংথা মিযা অমসুং নিংথৌখোংজা ডুম্ব্রসিং, থাপ্পনবসু মবী হাইবপ থোক্লে হাযবা যাই; অনিমক মন্ত্রীমযুমগী সনাগামচা ডাকনি।

নঙনা ফংজবনা ফৈ । অদু নত্তদনা, কনাগুম্বা মী মচা-মশুনা ঐবু ফাগে শীংনবক্লবদি শোয়দনা ইমু-নাইমু তাদুনা তোক্কনি - ঐনা শিবা অমা, মানা শিবা অমা । ঐবু হেক্তো তরাই তরাই ফাবা ওইথোক্লোই ”। মতৌ অসুম্না চোংথা মিযা ইরোইশেম্বদগী ফারে । অদুবু ফাবা হায়বসি নামাদনি - যাম্না ঈকাইখুম্নবা ব্যবহারগা লোযননা, মকপ-মপাং অমগুম হরাও-হরাও, নোক-খেদুনা ৱারী শানা শানা, ইরোইশেম্বদগী কংলা ফাওবা, উবিপোক লমশাং অসিদা পূন্না লাকমিন্নরমই । কংলাগী নোংচুপ থোঙ্ য়ৌরকপদদি ডুম্ব্রসিংহনা হায়রে, “ৱারৌবা য়াদে, হৌজিক্তি হৌনবী তৌবা তারে ” । “ ঐন্দি ঙসাইনা হায়রেনা, নঙন্না তৌজদবনি”, চোংথা মিয়ানা খুল্লমই । অসি হায়রগা, ম্নথোঙ মমাংদা ডুম্ব্রসিংহনা চোংথা মিযাগী মখুৎ অনিদু থৌরীনা পুল্লগা কংলা মনুংদা পুশিল্লমই অদুগা জেলদা থাজিল্লমই । (মতমদুদা জেল খানাসি নুংজেং পুখ্রিগী অৱাং হেক থংবদা লৈরম্বনি)। মথক্কী ৱারী অসিদগী চোংথা মিয়া হায়বসি করম্বা মীতানো হায়বদুগী মমি তারি । অমুক্কসু ঐখোয়না উবা ফংই, মতমদুদা চৎনরম্বা থৌগল্লোন অমসুং ফজবা ব্যবহার - বন্দী ওইজববসু অঙম্বা অমদা উৎফম থোকপা সন্মান চপচানা ঙাক্কুনা চৎনরমই ।

চোংথা মিয়া ফারে হায়বা পাউ অসি, চীংদা লাম্মৈ চাকপগুম, লৈপাক শীনবা থুংনা শন্দোকখিরমই । যাইস্কুল লাকপা বোরাচাউবগী লালদা থোইদোকপা মথৌনা মরিংজেল ফুদোক্কুনা লাম্থেংনখিবদি মিয়ানি । মাগী মমিং অসি মীপুম খুদিংগী মচীন্দা শোন্নবা, অমসুং মনিপুর পুম্বা অসি মহাক্কী ৱা ঙাক্তনি ঙাংনখিবা। চোংথা মিয়া ফারে তাবদা মাগী মশক অসি য়েংনীংবনা প্রজা লিশিংনা কংলা তম্না লাক্লরমই (লোইনমক্লা উবদি ফংলমদে, মবমদি কৈশুমশংদা লৈবা মবম্না)। চহি নৌরিবা নিংথৌখোংজম অঙৌ সিংহনা মাগী মখুরা ডুম্ব্র সিংহদা “চোংথা মিয়া হায়বদু অমুক্তা

য়েংগে, কংলাদা অমুক্তা পুবীয়ু'' হায়না হন্না হন্না তক্লম্মী। অঙাংগী চক্রিদা খাঙবা ঙমদ্রদনা ডুম্ব্র সিংহনা মচানিপা অঙৌ সিংহবু কংলাদা পুবীরমই; মতমদুদা চোংথা মিয়াদি সন্ত্রী ময়াম্না কোয়না ঙাক শেন্দুনা চাক চাদুনা লৈরমই। মী ময়াম্না ইকোয় কোয়না, মানা চাক চাবা য়েংলিবদু, মানা থোইনা নাচুংদে; হন্না ফাওবা য়েংথোক্তে। জেলদা লৈরিঙৈ মতমদা চোংথা মিয়া জেলগী চাক ইনশাং শোকখিদে; মতমদু গৌড়িয়া খম থেংবা মতমনি। মরম অসিনা, মাগী চাকসি নুমিৎ খুদিংগী মমৌ নুপীনা কংলাদা অনিরক থিনবা লাকই।

চোংথা মিয়ানা নামৈরাকপম চনু ঙৌনু (য়ুম্নাম লৈকায়, ঙাক্রোবা লৈবক্তা লৈবী) পান্নদুনা মচা নীপা অনি পোক্লমই - চাউহল অমসুং তোম্বা ওর্ফে কৌথা তোম্বা। কৌথা তোম্বগী নুপী নোংমাইথেম চনু ইবেতোন (শীংজমৈ চোংথাম লৈকায়দগী) নি। নুমিৎ খুদিং মাগী চাক থিনবা মমৌ নুপীনা ব্রাবদু উবদা চোংথা মিয়ানা, "নং অনিরক লাকপসি তোকও, ব্রানবনি। চাকসি অমুক্তং অযুক্তা ওইনা পুরক্লো। অদুগা চাক অদু খরদি য়াম্না পুবকউ অমসুং ইনশাংসু খর হাউহল্লু। ঐ কয়া কুইনা হিংখিনি, তম্বা ঙম্বা নত্তে।" (নিংথৌ শেম্বগী মরালদি অঙাং ওলহনবনি)।

থৌদোক অসি অঙৌ সিংহনা মাগী মচানিপা পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহদা লীরম্বনি।[19] চোংথা মিয়াবু হকথেংননা উহৌবা শ্রী অঙৌ সিংহনা লীরম্বা চীন্থাংগী ব্রারী অসি মমল নাইদে মরমদি মাসিদগী মিয়াগী চবিত্রগী মরমদা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমই। মহাক অসি ময়ামদগী তোপ-তোপ্পা মী মখল অমনি। মথৌনা লৈবা ঙাক নত্তে; মী কনাবুসু থৌওইদবা,

19 মথক্তা ইর্জবিবা চোংথা মিয়া ফাবগী ব্রাবী অসি অইবনা, পণ্ডিত খেলচন্দ্রদগী ফংজবনি। অসিদা নত্তনা তাঙলবা চীন্থাংগী ব্রাবী মচা মচা কযা অমসু পণ্ডিতজীদগী ফংজৈ।

মীনা ঙাংনবা ঙমদবা মীতানি। অদুমক্লসু চোংথা মিয়া ওইবনি। বোরাচাউবগী লালদা শরূক য়ারুবগীদমক চোংথা মিয়া ইংশোক ১৮৮৬ দগী ১৮৮৯ ফাওবা ফাদোপ তাখি। সুরচন্দ্র মহারাজনা সেপ্তেম্বর ২৩, ১৮৯০ ইংদা, মণিপুরগী সিংহাসন থাদোক্লম্লগা বৃন্দাবনদা বাস তৌখ্রগে হায়না লেংখ্রবা তুংদা মনাওইবুংঙো যুবরাজ কুলচন্দ্রধ্বজনা নীংথৌ অমসুং টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ সেনাপতিনা যুবরাজ ওইরমই। মহাক্লা যুবরাজ হেক ওইবগা চোংথা মিয়াবু কৈশুমশঙদগী থাদোকখি অমসুং মহাক্কী ওই থংবা পাম্বোম ওইনা মনাক্তা লেঙদনা থমখি। চোংথা মিয়াগা যুবরাজগা কয়া য়াম্না নক্লবা মরী থমখিবগে হায়বসি বৃটিশশিংগী রেকোর্দতা মখোয়নিসি (ate and slept together) চাবদসু, তুম্বদসু ঙহাক্তা থানদে হায়না ইরমই। বৃটিশশিংদা নত্তে, মহাক্কী বিচারগী মতমদা মৈতৈ শাক্ষীশিংনসু জবান পীবা মতমদসু ৱাহৈ অসিমক শীজিন্নখি।



# ৫.

# বৃটিশশিংনা, মার্চ ২৩-২৪, ১৮৯১ গী অহিংদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী শঙ্গায়দা লোন্না লান্দারকপা।

মার্চ ২২-২৩, ১৮৯১ ইংদা আসামগী চিফ কমিশনর মি: কুইন্টননা দরবার কৌদুনা যুবরাজ টে কেন্দ্রজিৎ বীর সিংহবু ফোংনা ফাগে হোৎনবা থৌরাংদু মায পাকখিদ্রে। মরম অদুনা মহাক্না যুবারাজবু নমদুনা ফানবা থৌরাং ওইনা মার্চ ২৩ দা বৃটিশ সিপাহিশিংনা কংলাদা অহিং লোন্না লান্দানবা হুকুম পীরমই। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা মতমদা বৃটিশ লান্মীশিংনা যুবরাজগী শঙ্গায়দা লান্দারক্কুনা টেকেন্দ্রজিৎপু ফানবা হোৎনরকপদা, মতমদুদা শঙ্গায় শঙলিবসি নিবঞ্জন সুবেদাব অমসুং চোংথা মিয়ানি। যুবরাজদি নুমিৎ অদুদা মাগী শঙ্গায়দা অহিং লৈখিদে; কোনুংদা মহারাজগী লৈফমদা (সিতাদেল) চঙদুনা লৈখিরমই। টেকেন্দ্রজিৎ অরায়বা মীশক নত্তে; তুংদা থোরক্কদবা পোমিৎ লোইনা উবা ঙম্বা মীশকনি। মমাংগী নুমিৎ হায়বদি তাং ২২ অমসুং ২৩ দা চিফ কমিশ্নার মি: কুইন্টন না হন্না হন্না কৌবা দববারদা মহাক্না চৎখিদে। মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ অমসুং অঙম অথৌ পূম্বা শুনা য়াওরবসু, টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ য়াওদ্রবদি দরবার ফমসি হায়বা কুইন্টন্না যাখিদে। মসিদগী ময়েক শেংনা খঙলে হন্দক্কী মি: কুইন্টন্না কৌরিবা দববাব অসি শুপ্নগী টেকেন্দ্রজিৎত্তবু ফানবা শীনবা থৌরাঙ অমনি হাযবা। মরম অসিনা

বৃটিশশিংনা মখাতানা চত্থরকপা য়াবা থৌরাঙ কয়াবু চিংনরকপদগী অহিং অদু যুবরাজনা মাগী শঙ্গায়দা লেকখিদে; বৃটিশশিংনদি মদু খঙলমদে৷ অদুবু শঙ্গায়দি চোংথা মিয়া অমসুং নিরঞ্জন সুবেদারনা মিকুপ নাহুম শিংনা চেকশীন্না ঙাক্কুনা লৈখি।

মার্চ ২৩ গী নোংঙাল্লমদাইদা বৃটিশশিংগা মতম খরা নোংমৈ কাপ্পরবা তুংদা চোংথা মিয়া অমসুং নিরঞ্জন সুবেদার - মখোয় অনিমকসু নীংথৌগী শঙ্গায় তম্না চেল্লকখি। মফমদু য়ৌরগা লান্মীশিংবু মথৌনা লৈনা, শিবা কিদনা লাম্থেংনগদবনি হায়না পূক্নিং থৌগত্তুনা লাউরমই। নীংথৌনা লৈরিবা শঙ্গায় য়ুম্ফম (সিতাদেল) গী হেক নোংপোক থংবদা ঈম্ফাল তুরেল চেল্লি; তুরেল অসিগী মথক্তা থোং অমা লৈরমই - নোংপোক থোং হায়না খঙনৈ। নোংপোকথোং মনাক্তা চীংনাং খোংনাং কৌবা যাম্না মমিং লৈবা খোঙনাং অমা হৌরমই; মনাক্তা মৈতৈগী য়ুম খরসু তারমই। চীংনাং খোংনাংদা লৈবা য়ুম ময়াম মৈ থাদুনা, বৃটিশশিংনা মরাল লৈতবা নুপী অঙাং প্রজা কয়াবু তমথীনা হাৎলবা মতমদা চোংথা মিয়ানা, লৈশাং জমাদার, অথোকপা দেৱান মচা অমসুং খুম্বোং সুবেদারগা লোয়ননা চীংনাংখোংনাং মখোংদা বৃটিশশিংগা অকনবা লাল শোক্লখি। শুপ্নগী চোংথা মিয়া মথম্তা হিংহৌই - মৈতৈগী অথৌবা অহুমদি কংলাবু কঃবা হোৎনবদা বৃটিশগী মখুৎতা মথ্বায় মাঙখি *।

নুমিদাংৱাইরমদা লাল লেপ্পরে। মি: কুইন্টন্না চিংদুনা সাহেব মঙা কংলা মনুংদা দরবার তৌবা চঙলকখি। দরবার হোলদু থোঙ লোনশিল্লমদুনা দরবার মমাংদা লম্বীদা চৌকি খর থারগা দরবার চত্থখি। মৈতৈশিংগী নাকলদগী যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিং, থাঙ্গাল মেঞ্জোর, গিরিধারী সিংহ অঙোম নিংথৌ, কর্নেল শামু নচিংবা অঙম অথৌ কয়া শরূক য়াখি। মতমদুদা চোংথা মিয়াসু যুবরাজগী থৌগল তৌদুনা লৈখি তৌইগুম্বসুং খন্নবা অদুদদি মহাক শরূক য়াখিদে। চুম্নগী ভাবক অমা ওইনা য়েংবদনি।

* চৈথাবোল কুম্বাবা।

ৱাফম অসি চোংথা মিয়াগী বিচারগী মতমদা হাযনরকখি। বৃটিশ সরকারগী ৱাখল্লোনসু মদুমকনি হায়বসি ভাইসরোইগী লেজিসলেটিভ কাউনসিলনা চোংথা মিয়াগী মরালগী মরমদা নৈনবদা ফোংদোবকখি।



## ৬.

# থৌবাল অথোকপমগী লালদা চোংথা মিয়া

আসামগী চিফ কমিশ্নাব মি: কুইন্টন অমসুং মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট মি: গ্রিমউদনচিংবা সাহেব মঙা, কংলাগী শা মমাঙদা শংলিংবনা মঙক কক্লুনা হাংখবে হাযর্বাস ভাবত সবকাবনা মতম শাংনা খঙখিদে। মখোযনা খল্লম্বনা-মৈতৈশিংনা সাহেবশিং অদু ফাবগা চুম্না বন্দী ওইনা থমলিবনি। মবম অসিনা, মৈতৈশিংগী মখুত্তগী বন্দীশিং অদু কন্ননবা ইহান হান্না মণিপুব তম্না চঙশীল্লকখিবা বৃটিশগী লান্মীদি লেফটেনেন্ট সি: জে: ডব্লিউ: গ্রান্টগী খুৎপুনি। লংথবালদা জমাদাব বিববল নগবকোটীগী লুচিং মখাদা লৈবা বৃটিশ গেবিশনগী গোর্খা সিপাহী ৩৫ তুমুবোমদা চেল্লকপা কাঙবু অসিগা, ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফের্নাত্রিগী লে: সি: জে: দব্লিউ: গ্রান্টকী সিপাহীশিংগা (অপুনবা সিপাহী ৮০) লোযনদুনা মার্চ ২৮, ১৮৯১ ইংদা মৈতৈশিংগী মখুৎ চনখ্রবা বৃটিশ অফিসাবশিং অদু কন্নবগী পান্দমদা (মৈতৈশিংগী মখুত্তা লোইনা মথ্বায মাঙখ্রে হাযবা খঙদ্রি) টুমুদগী মণিপুব তম্না চঙশীল্লকখি অমসুং থৌবাল অথোকপমদা, অবোং তুবেল মপান্দা কেম্প শাদুনা লৈবমই।

বৃটিশগী লান্মী খব থৌবালদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈবে হাযবা পাউ অসি ফংবদা মহাবাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহনা মনাওইবুংঙো সেনাপতি অঙৌস্নাগী লুচিং মখাদা, সিপাহী ৮০০ গা লোযননা, চোংথা মিযাবু বৃটিশ তেঙ্গোল থুগাইনবা থৌবালদা থাবমই। অহানবা খুৎ থোক্লবা মতমদা বৃটিশগী তেঙ্গোল থুগাইবা ঙমদ্রদনা চোংথা মিয়ানা কোনুংদা হল্লক্লগা তোপ অনি পুবগা অমুক হন্না থৌবালদা লাক্লমই। তোপ অদু থৌবালগী তোমজীং কৌবা চীংদুম মচাদুগী মথক্তা খিল্লগা লেফটেনেন্ট গ্রান্ট অমসুং মহাক্কী সিপাহীশিংনা অথোকপমদা থুপ্তুনা লৈবিবা মফম অদু তম্না বম কাপশীল্লমই তৌই গুম্বসুং সবকাবগী লান্মীশিংদা থোইদোক্লা অমাঙ অতা খোকহনবা ঙম্লমদে। বোম কাপ্পা লেপ্লে, চোংথা মিযানা মাঙ থাদুনা বৃটিশ লান্মীশিংগা হাকথেংননা লাম্থেংনবা হৌবমই। অকনবা লাল শোক্লদুনা নোংমৈ কাপ্লবদা ফাওবা বৃটিশগী লান্মীবু মাযথীবা পীবা ঙমদ্রদুনা, চোংথা মিযা অমসুং মৈতৈগী লান্মীশিং কোনুং তানা লাল হন্দোবকখি। লে: গ্রান্টগী ক'ঙব অদু মাযথীবা পীবা ঙমদ্রবসু, চোংথা মিযানা শিবা কিদনা থৌবাল অথোকপমদা মথৌনা লৈনা শোক্লখিবা লাল অদু থোইদোক্লা শীংথানীংঙাই ওইখি। মসিগী প্রমানদি মহাক্লা লাল অসি হেক হল্লকপা মতমদা মহাবাজনা মঙোন্দা মেঙ্গোব ফম পীখিবমই। অমবোমদা বৃটিশ সবকাবনসু, মখোযগী লান্মীগী লুচিংবা লেফটেনেন্ট সি: জে: দব্লিউ: গ্রান্টনা, শুপ্নগী মাগী সিপাহী ৮০ খক্তনা, মৈতৈশিংনা অহুমলক হন্না লাকশীন্নবা হোৎনবকপদু যাম্না মথৌনা লৈনা অমসুং হৈ-শিংনা থিংদুনা থমখিবগীদমক মহাকপু মেজব ওইনা প্রমোশন পীখি; বিলাটকী মহাবানীনসু মঙোন্দা 'ভিক্টোবিযা ক্রোস' পীদুনা ঈকাই খুম্নখি [20]। মসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙমই- থৌবাল অথোকপমদা চোংথা মিযানা শোক্লখিবা লাল অদু অচম্বা নত্তে, তশেংনা মাযগৈ অনিমক্কী অকনবা লালনি।



20 The Manipur War - Surendra Nath Mitra. Published by J N. Banerjee & Son 119 Old Boytakhana Bazar Road Calcutta 1891

## ৭.

## চোংথা মিয়ানা মতৌ করম্না খোংজোমদা মৈতৈ তেঙ্গোল শাখি :

টু মুরোমদগী সিপাহী লিশিং অমা, শগোলতোংবা লান্মী অমসুং নোংমৈ তোপ লোয়নরদুনা বৃটিশগী লান্মীনা কোনুং তম্লকলে হায়বা পাউ ফংবদা, মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহনা মনাও ইবুংঙো ৱাংখৈরাকপা মায়পাকস্না ওর্কে লোকেন্দ্র বিরজীৎ সিংহবু সেনাপতি হাপ্তুনা, রুদ্রসিংহ য়েংখোইবা মেঞ্জোরনা থৌগল তৌদুনা লাক্লগা থৌবালদা তেঙ্গোল শারমই। এপ্রিল ১৯, ১৮৯১ দা সিপাহী ৪০০ গা লোয়ননা, মেজর চোংথা মিয়া অমসুং মেজর পাউনা ব্রজবাসীবু, মনিপুর তম্না চঙশিল্লকলিবা বৃটিশগী লান্মীবু পলেলদা থংনবা ৱাখৈরাকপনা য়াথংপীরমই। চহিগী য়েংনরুরবদি[21] পাউনা মেঞ্জোরনা চোংথা মিয়াদগী চহি ৮ হল্লি; মেঞ্জোর ফম কাখিবদি নোংমতদনি। তৌইগুম্বসুং নহা ওইরিবা চোংথা মিয়াবু, নিংথৌনা মকোক থোংবা লুচিংবা হাপখি। অহিং নোংয়াই চঙলকপা মতমদা, ইন্দো-বর্মা বোডকী মতুংইন্দুনা পলেল তানা খোঙশাল্লমই। নোং ঙাল্লকপা মতমদা মৈতৈ লান্মীশিংনা উরে - বৃটিশগী

21 ইংশোক ১৮৯১ খোংজোম লান্দা চোংথা মিযা চহি ৫০ শুবে; বিচাবগী মতমদা মশামক্লা হার্যখিবনি। পাউনা ব্রজবাসীগী মপোক নুমিৎ ডিসেম্বর ২০, ১৮৩৩ নি ("Paona Brajabasi" by P Pholendrajit Singh P I).

শগোলতোংবা লান্মীশিংনা নোংপোকলোমদা নেমনেম শন্দোকখ্রিবা, তেনব্রা চীংজিন্দগী (লাঙথেল চীং) খেবচীং ফাওবা থন্না লৈরল্লে। অসিনা মরম ওইরদুনা, পলেল য়ৌনা চঙশীনবা ঙমদ্রদনা, খোংজোম তুরেলগী তোর্ব্বান্দা লানবন শারমই। [22] তেঙ্গোল শারিবা মফম অসি ইন্দো-বর্মা রোদকী নোংচুপ লোমদা গজ ২০০ থাপই অমসুং বৃটিশনা তোপ খিল্লিবা, লম্বীগী নোংপোক্তা লৈবা চীংদুম মচা অদুদগীনা গজ ১০০০ নি। মৈতৈনা তেঙ্গোল শাবন্বা খোংজোমগী মফম অদু, ঙসি ফাওবা 'তেঙ্গোল লম্পাক', অমসুং বৃটিশনা তোপ খিল্লন্বা লাংঙথেনগী চীং মচা অদুবুনা 'লানঙম চীং' হায়না খঙনবি। লানঙম চীং কৌখিবদি চীং অসিদগী বৃটিশনা তোপ কাপথরক্লুনা মৈতৈ তেঙ্গোল থুগাইখি অমসুং মখোয়না লাল ঙমখি হায়বগীনি।

মতাং অসিদা নৈনবা য়াবা ৱাহং খবা চোংথোরকই। চোংথা মিয়ানা করি মরমগী খোংজোমদা তেঙ্গোল শাখিবনো ? অখং-অহৈ খরনা হৌজিক্তদা হায়নবক্লি - মৈতৈগী তেঙ্গোল শাফমদু লাল্লি। অৱাংবা মফমদদি তেঙ্গোল শাদ্রদনা অনেম্বা জাগা খোংজেম তুরেল মপান্দা শাবিবা করিগীনো ? ৱাহং অসি কোন্না ভাব তাবকপদগী হংবা ৱাহং ওইনা থোকই মবমদি মতম অদুদা লৈরম্বা লালগী ফীভম মুন্না খঙদনা হায়রকপনি হায়না লৌগনি। মিয়া মেজরনা খোংজোমদা লানবন শাখিবা অদু, তঙায়ফদনা শাদবা যাদদনা শাখির্বনি - লালগী বিদ্যা ( military strategy) ৱাংপদগী তৌখিবা নত্তে।

মৈতৈশিংনা খোংজোম তেঙ্গোল শাবিবা মফম অসি মায়গৈ অহুমদা

22 খোংজোম লান্দা বৃটিশ লান্মীশিংগী লুচিংবা ওইখিবা কেপ্তেন বনদলনা, তাং ২৫ এপ্রিল ১৮৯১ দা ভাবত সবকাবদা পীবকপা বিপোর্টদগী।

খোংজোম তুরেলগী খোংলম্না ইকোয় কোয়শীনবা মফমনি; বৃটিশশিংনা 'ওক্স-বো ছেপ' (ox-bow shape) ষন মরুম মওং মানবা হায়না ইরমই। চোংথা মিয়ানা অনেম্বা মফম অসিদা তেঙ্গোল শাফম খল্লিবগী মরমদি - য়েক্লবনা তেঙ্গোল তম্না ফুজিল্লকপা মতমদা তুরেল অদুনা খরদং ওইরবসু অপনবা পীনবা উপাই থিরকপনি। লানবনগী নোংপোক থংবা শরূক, পলগী মমাঙ মক্তদা, মায়কৈ অহুমদা ইকোয় কোয়না থাঙ্গপাৎ অমা তৌরমই। খোং অসি ফুট ১২-১৫ পাকই; ফুট ১০-১২ লুরমই। ফুট ১০ লুবা থাঙ্গপাৎ অদু - খোংজোম তুরেলগী ঈশিংনা ফুট ৩-৪ রোম থন্না থাজিল্লগা, অদুগী মনুংদা মচীনতুম্না ইৎলবা রা ময়াম শৌ থাক্তুনা য়ুংলমই। য়েক্লবনা উদনবা খোং অদুগী মথক্তা নাপী শীংনাংনা কুপশিল্লগা থনমই। খোং অদু মপান চপ ওমই। খোং তৌবগী লৈপাক অদুনা লানবনগী অকোয়বদু ফুট ৩ রাংনা লৈবং তাখৎলমই। লৈরংগী মরক মরক্তা মরবোপ রা অচৌবগী উতোং কযামক্রম হাপ্তুনা নোংমৈ কাপফম মখুন (Loopholes) শেল্লমই। লানবনগী মনুং থংবা শরূক্তা, পল ময়া নক্না, ফুট ৪ ১/২ লুবা ৪ ১/২ পাকপা কোম অমসু ইকোয় কোয়না তৌরমই। কোম মনুংদা পাকথদুনা লৈরগা য়েক্লবগী গুলিনা শোক্তনবা থৌরাং তৌরিবনি। লানবন মনুংদা ইনা কূপ্পা রা-য়ুম কয়ামক্রম শাদুনা থমই - লান্মীশিংগী পোত্থাফমনি।

লানবন অসি অথাপ্পদগী য়েংবদা, য়েরুম মওং মাল্লি অমসুং লানবনগী পাক চাউবনা - অশাংবা গজ ৫০, পাকপনা গজ ৪০ নি। লানবন অসি শাবদা, মহাক্না কমান্দর ওইজরসু, পাউনা মেঙ্গোরগা তাথোক-তাশিন তৌদুনা থবক চৎথখির্বনি। পাউনা মেঙ্গোরনসু চোংথা মিয়াবু, মবী মতা ওইবগী য়াম্না নুংশিনা লোয়নখির্বনি। মশেল মবাই

থোকনৈ - কবম্না থোক্লবনো হায়বদি চপচানা অরেপ্পা হায়জবা ঙমদে তৌইগুম্বসু পাউনা মেঞ্জোবনা চোংথা মিযাবু 'ইশেন চোংথা মেঞ্জোব' হায়না কৌই (চৈথারোল কুম্বাবা P 489) ।

মসিদগী খঙবা ঙম্বদি - মেঞ্জোব অনি অসিনা পূকচেল খোয়জেল তিন্ননা, তাথোক তাশিন তৌদুনা মৈতৈ তেঙ্গোল ঙাকখিবনি । মসি পূম্নমক নাথৈদুনা থম্লগা নত্রগা করিমত্তা খঙদবদগী, খোংজোম পর্ব্ব শকপা ওঝা খবনদি - পাউনাগা চোংথা মিযাগা (নত্রগা য়েংখোইবা মেঞ্জোরগা), খোংজোম লাল হৌদ্রিঙৈদা লানবন মনুংদা নিংঙাই - শাংদানরক্তুনা থাঙ কন্না হাইনহল্লি । মদুদা পাউনানা খোঙফম হেঞ্জিল্লক্তুনা চোংথা মিয়া মেজর মথ্বায মাঙবা তারবদা চীংলেনসনানা চেনশীল্লক্তুনা 'চোংথা মিযাগী মথ্বায়সিদদি নিজগে' হায়দনা মাগী ওঝা পাউনাদা হায়জবদগী মিয়াবু মথ্বায় কনবিখি হায়না খোংজোম পর্ব্বদা শক্লি । মসিদি পাউনা অমসুং চোংথা অনিগী ফজখ্রবা লংলবা মরীদা অমুবা কালি তৈশীনবগা অক্মানি । ৱারী অসি য়ুম্ফম য়াওদবনি হায়বদি চৈথারোল কুম্বাবদসু য়াওদে; বৃটিশগী রেকোর্দতসু থেংনদে। খোংজোম পর্ব্ব শকপা ওঝাগী 'মন-বুদ্ধি পুরান' দগী শেমজিনবা ৱাবী ওইগনি ।



## ৮.

## পাউনা মেঙোর অমসুং ৱাংখৈ মৈরাবা পোইলা শিবা।

শকাব্দ ১৮১৩, শজিবুগী ১৪ নি পানবা, শগোলশেনগী নুমিদাংৱাইরমদা (23rd April, 1891) পাউনা ব্রজবাসী শিখি। এপ্রিল ২৫ দা পাউনা শিবগী পাউ ফংবগা, মহাক্কী ময়ানিপা লাইশংবম ঝুলোন্না চিংদুনা খোংজোমদা, চৎলগা তাং ২৬ কী অয়ুক্তা ব্রজবাসীগী অশিবা হকচাং অদু লৌরুরগা লাক্লমই। তৌইগুম্বসু ঈম্ফাল য়ৌবা খুদোংচাদ্রদুনা, অরাপ্পিগী ঈরিল তুরেল মপান্দা লৈবা য়ুমখাইবম হিদেন্দা পোৎলোইখি। এপ্রিল ২৩ দা পাউনা তুরে[23]। নুমিৎ অসিমক্তদা ৱাংখৈ মৈরাবা পোইলাসু - ককচীংগী মনাউচীংদা, মেজর সার চার্লস লেসলিনা লুচিংবা বৃটিশগী সিপাহী কাঙবু অমগী মখুত্তা মৈতৈ সিপাহী ২০ গা লোয়ননা মথ্বায় থারে। তৌইগুম্বসুং খোংজোম লালদি হৌদ্রি - হৌবা য়াদ্রি; মরমদি লাল শোক্লগদবা বৃটিশকী টুমু কলমগী মকোক থোংবা ব্রিগেদিয়র- জেনেরেল গ্রাহামদি তাং ২৩ দা খোংজোম য়ৌরক্লি,

23. Paona Brajabasi - by P. Pholendrajit Singh, 1987 P.19.

টুমুদা লৈরি। মফমদুদগী মহাক্না মখোঙনা লাক্লগা; মহাক থুংলরবা মতুংদা অমসুং মহাক্কী হুকুম ফংলবা মতুংদতা খোংজোম লাল শোক্লগদবনি। এপ্রিল ২৩ দা টুমু থাদোক্লম্লগা জেনেরেল গ্রাহাম এপ্রিল ২৪ দা তেংনৌপল অমসুং ২৫ গী অয়ুক্তা পলেলদা থুংখি। মহাক্না হেক থুংবগা মহাক্কী অফিসারশিং হায়বদি কেপ্তেন রন্দল, কেপ্তেন কারনেগী, কেপ্তেন দ্রুব্বারী, লেফটেনেন্ট গ্রান্ট, লেফটেনেন্ট কোক্স ........ নচিংবদা মৈতৈ তেঙ্গোন্দা লান্দানবা হুকুম পীখি । লাল অদু কুইখিদে- অয়ুক্তগী শোক্লবনা এপ্রিল ২৫ গী নুংমিদাংব্রাইরমদা লাল লোইখি । লাল অদুদা মৈতৈশিং বৃটিশগী মখুত্তা মায়থীবা ফংখি । খোংজোমদা বৃটিশ লান্মীশিংগী কমান্দরনা কেপ্তেন রন্দলনি; [24]মৈতৈ লান্মীশিংগী কমান্দরনা মেজর চোংথা মিয়ানি। এপ্রিল ২৫ দা, খোংজোম তেঙ্গোল মনুংদা, বৃটিশশিংগা মৈতৈ লান্মীশিংগা হাকথেংননা থাঙগা-থাঙগা য়ান্নবা নুমিৎ অসিদদি, মৈতৈগী তেঙ্গোলদা - শুপ্পগী মেজর চোংথা মিয়া মথন্তনা গ্রাবক্তৌদে শক্লাইবব। মৈতৈগী অঙম অথৌ নখোদ মাঙজৌননা লোইনা শিখ্রবনি । এপ্রিল ২৫ দা বৃটিশশিংগা হাকথেংননা শোক্লখিবা লালদা মেজর চোংথা মিয়া সিংহ - মাগী হকচাংগী মফম অহুমদা নোংমৈনা পান্দুনা, য়াম্না থীনা শোকখি; লান্মী ২০০ হেন্না লানফমদা মথ্বায় থাখি, কয়া মরূম অমসু অশোক অপন নংখি । লান্মীগী কমান্দবসু শোক্লে, খোংজোম তেঙ্গোল কায়রে ।

"মেজর চোংথা মিযা হন্দক্কী ইংরেজগী ঈরাং অসিদা (এংলো মণিপুব ব্রাব, ১৮৯১) লাল চীথদনা য়াওবা ফম্লাইবনি । চুম্নগী য়াওবগী ব্রা নত্তে, লুচিংবা ওইনা লালমাঙ থানা থানা চোংশিনবা নীপানি অদুবু মহাক্কী

24 Major Maxwell, Chief Political Officer, Manipur

মরাইৎবক ফবরা, নত্রগা তাল চারুবা হায়বা অদুরা, 'মহাদা লেপ্পা' হায়নবগুম মহাক্তি মথ্বায়তদি মাঙলক্তে। চৎমিন্নবা ফম্নাইবা অয়াম্বা শিহৌই। অকনবা লানফম খুদিংদা য়াওরুবা ঙাক্তনি। মথ্বায় কন্নবা হোৎনরকপগী ব্রাফম নত্তে। মরিংজেন্দা মথৌনাদা কনাদগীসু তাদবা নিপানি। খোংজোমদা অরোইবা লানফম অসিদগী খুৎলাইনা থীনা শোক্লদুনা থৌবাল তানা হন্দোক্লকপদা নীংগী তেঙ্গোল লৈরমদ্রবনি। মহাক মফম অদুদা য়েক্লবগী মখুৎ চনখি[25]"।

চোংথা মিয়া, লানফমদা শোক্লবা তুংদা লান্মীশিংনা শগাই শাদুনা শাপমগী লৌবুক ফাওদুনা পুথোরকখি। মখোয় থৌবালদা লৈরিবা মৈতৈগী পন্নীং য়ৌনবা লাকপনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না থৌবাল য়ৌবা মতমদা মী অমত্তা লৈরমদ্রে। খোংজোম তেঙ্গোল কায়রে হায়বা পাউ ফংবগা পন্নীংদা লৈহৌবা ব্রাংখৈরাকপা মাইপাকসনা অমসুং য়েংখোয়বা মেঙ্গোর - নুমিৎ অদুমক্কী (এপ্রিল ২৫) নুংদাংদা মনিপুরগী সনা কোনুং (কংলা) য়ৌনা পন্নীং হন্দোকখিরমই। মরম অসিদগী এপ্রিল ২৬ তা বৃটিশশিংনা চোংথা মিয়াবু থৌবালদগী ফাখি অমসুং মহাক্কী বিচার লোইদ্রিবা ফাওবা জেলদা থমখি।



25 " মণিপুরগী অবোইবা লাল " - ব্রাহেংবম গৌবচন্দ্র সিংহ P. [illegible]

## ৯.

## খোংজোমদা তোপ পীখিদবা [26] ।

খোংজোম তেঙ্গোল শাবা লোইরবদা, বৃটিশশিংগী অকনবা লালগী থৌরাং অমসুং নোংমৈ তোপ যাওবকপা উবদা, পাউনা অমসুং চোংথা - মেঙ্গোর অনিনা, থৌবালদা লৈরিবা পন্নীংদা, তোপ থাবিরক্লবা হায়জখি অদুবু তোপ পীখিদে । তোপ পীয়ু হায়র্বসি খোংজোম চৎত্রিঙৈদগী হৌনা হায়রবনি [27] । তোপকী ৱাফম অসিগী মতাংদা চীন্থাংগী ৱারী, খোংজোম পর্ব্বগী ঈশৈ - য়াম্না লৈখ্রে । চোংথা মিয়া অমসুং পাউনা ব্রজবাসী অনিমক, য়াইস্কুল লাকপা বোরাচাউবগী লাল য়াওরুবগী, জেলদগী থাদোরকপা কুইদ্রিবা মরম্না চিংনদুনা তোপ পীখিদবনি হায়না । মসিদি ৱারীদা, লাইরিক্তা, পেনাদা পঙশক শকপা হায়বদুনি - চপচাবা ককপা য়াদ্রবা প্রমান ফংদে; কুম্বাবদসু

26 ঐখোয় মণিপুরগীসু তোপ ৪ লৈ, অনি অমনা সেভেন পাউণ্ডর্বনি (7 Pounder) সাব চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মতমদা বৃটিশ সবকাবনা পীবনি ।

27 'ইশেন চোংথা মেঙ্গোরগা ইবিংঙা মৈতৈমচা নাগে নাগে হাযবা মৈতৈমচা জমান্দাব সুবিদাব ওইবকপগা লোযনদুনা নিপা ৪০০ দি পলেন্দা চংগে তোপ ১দি পীবো হাযএ । ... .. মচাইবুংঙো ৱাংখৈবাকপনা 'তোপপু চীন থংবনা পুর্বদ হৌনদে' হাযনা পীদে । ... ... অদু মঙাযবো হাযদুনা অহিং নোংযাইদা চংখি ' ( চৈথাবোল কুম্বাবা P 489) ।

থাবমদে। চৈথাবোল কুম্বাবদা ইবম্বদি 'ফত্তবা নীংলবোই' হাযবসিতনি [28]। মসিদগী ভাবনা শাজিন্দুনা, ওইরম্বা য়াবা মরম থিরকপনি হায়না লৌবা যাই। মরম অসিনা, মতাং চারিঙৈ অসিদা খরদং ক্রিটিকেল ওইনা অমসুং মনুং হুঞ্জিন্না খন্নবা মথৌ তারকই।

অহানবদা, চোংথা মিয়াবু, নিংথৌনা অমসুং থৌবালগী পন্নীংদা লৈরিবা মৈতৈ লান্মীগী সেনাপতি ব্রাংখৈরাকপা মাইপাকসনা না, থাজদাগী মবম অমত্তা উবা ফংদে। মিয়া মেজর - যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী ওই থংবা পাম্বোমনি; অহিং নুংথিল নাইদনা তুম্মিন চামিন্নদুনা লৈরিবা অঙম্বনি। মহাকপু পাজদুনা [illegible]মদা থারিবানি। অদুদি মখোযনা হন্না [illegible] হায়জবদা করি মরমগী তোপ পীখিদবনো ? মমাঙদসু পঞ্জখ্রে - তোপ পীযু হায়বসি লাল চৎত্রিঙৈদগী হৌনা হায়রবনি অদুবু 'চীন-থংবনা তোপ পুবা হৌনদে' হায়দনা হৌবদগী য়াদবনি। মরমদি খোংজোমগী মেঞ্জোব অনিদা তোপ পীদবা অদু য়াম্না মুন্না খল্লগা পীখিদবনি। ওইবা য়াবা মরম অমদি - করিগুম্বা বৃটিশশিংগী মখুত্তা মায়থীবা ফংদুনা তোপ অদু মুনখিবা তাববদি, কোনুংদি করিনা ঙাক্কনি ? কোনুং ঙাক্লবা তোপ খাকচীন্দুনা থমখিবনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই খল্লি। মণিপুর সনা লৈবাক্কী কোনুং - কংলা কনবনা মরুনি; মৈতৈগী লৈজবা খুৎশু-খুৎলাই পূম্বা খোংজোম লান্দা লোইনা পোন্থা ওইনা থাবা অচুম্বা ওইরোই হায়বসি ব্রাংখৈরাকপা অমসুং মহাক্কা লোয়ননা থৌবালগী পন্নীং ঙাকলিবা অঙম-অথৌশিংগী ফিবেপনি। মরমদি বৃটিশগী লান্মীদি মতম অমত্তদা মায়গৈ অহুমদগী - (শিলচর, কোহিমা অমসুং টুমু) মণিপুর তম্না ফুজিল্লকখিবনি ; মদুমক্লা

28 "পাউনা মেঞ্জবনা হায ...... ইবাই য়েনখোইবা মেঞ্জবনা পূকচেল ফত্তবা নীংলবোই হাযদুনা তেঙ্গোল মযাইদা থাঙ শৎত্তুনা কোইনা চৎলি"। ( চৈথাবোল কুম্বাবা P 492)।

মবম ওইদুনা তোপ পীখিদবনি - পাউনা অমসুং চোংথা জেলদগী থাদোকপা কুইদ্রি হায়না চিংনদুনা পীখিদবা নত্তে। মতাং অসিদা ময়ামদা চমন্নবা অমনা মেঞ্জোর অনিনা - তোপ পীয়ু হায়রক্লিবসি খোংজোম লাল হৌরকপা মতমদা মৈতৈগী তোপ অসি কদাইদা লৈবগে ? কোনুংদগী লৌকগদৌরিব্রা হায়বসিনি। কোনুংদগী অমুক নত্রে; তোপতি মতমদুদা থৌবালগী পন্নীংদা লৈরবনি।



## ১০.

# চোংথা মিয়ানা খোংজোম লালগী কমান্দর

চোংথা মিয়া মেজববু লৈপাক্লা-নিংথৌনা, খোংজোম তেঙ্গোল ঙাক্লিবশিংগী মরক্তগী লুচিংবগী থৌদাং শিন্নখিবসি খরদং কুপ্না নৈনবা দবকার ওই মবমদি ব্রাহং কয়া মরূম চোংথোবকই - মেজর মিয়ানা মণিপুরগী মেঙ্গোব ময়ামগী মনুংদগী, চহিদা নত্রগা মতম শাংনা থবক তৌরকপদা (সার্বিস সেনিয়বিটিদা), খ্বায়দগী অহেনবা ওইদুনা মহাকপু হাপখিবরা ?

খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ দা মৈতৈগী লান্মীদা পূন্না, পোইলা ৮, মেঙ্গোর ৮ লৈরমই। চোংথা মিয়া মেজবদি খোংজোম লানগী মতমদা (১৮৯১ ইং) মশাগী চহি শুপ্নগী ৫০ দমক শুরি । মসি মহাক্কী বিচারগী মতমদা, জবান পীবদা মশামক্লা হায়খিবনি । মতমদুদা রুদ্রসিংহ যেংখোইবা মেজবদি চহি ৬৬ হেল্লবনি [29] ? চোংথা মিযাগী মমাঙদা য়াম্লা ঙন্না মেঙ্গোর ওইখ্রবা

29 পাউনা ব্রজবাসী মতমদুদা চহি ৫৮ শুবে (b 20 December, 1833)

অঙম্বা ঙাক্তনি । টুমুরোমদগী চঙশিল্লকইবা বৃটিশগী লান্মীশিংবু থিংনবা থৌবালদা লাকখিবা ৱাংখৈরাকপা মাইপাকসনা ওর্কে লোকেন্দ্র বিরজিৎ সিংহগা লোয়নরকপা মৈতৈগী মেঞোরশিং অসি চোংথা মিয়া মেঞোর মথন্তা নত্তে। মতীক চারবা মেঞোর কয়া অমা য়াওখি - পাউনা মেঞোর, খুম্বোং মেঞোর, হৈরাংখোংজা মেঞোর, য়েংখোয়বা মেঞোর ....... অসিনচিংবা ।

মথক্তা পঞ্জখিবা অথৌবশিং অসিগা লোয়ননা ৱাংখৈরাকপনা থৌবালদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরে । পলেলদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরিবা বৃটিশ সিপাহীশিংগা লাল থেংননবা সিপাহী ৪০০ গা লোয়ননা চোংথা মিয়াবু লুচিংবা ওইনা থাবনি । মহাকপু খোংজোম লালগী লুচিংবা ওইনা হাপখিবসি করি মরম ওইবা য়াবগে হায়বদু নৈনবা য়াম্না মতাং চাই । মতমদুদা মহাক্তি মেঞোর ফম কাবা থা অমত্তা ঙায়রিবনি ।

পূম্নমক অসি খঙনা খঙনা মহাকপু পাউনা মেঞোরগা লোয়ননা থারিবগী মরমদি মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা মথৌনা মরিংজেল অমসুং লান্দা হৈ-শিংবদুগী য়েংদুনা চোংথা মিয়া মেঞোরবু লুচিংহনখি হায়বদা থোইনা লাল্লোই । মহাক্কী মথৌনা মরিংজেলদি ইং ১৮৮৬ দা হৌখিবা য়াইস্কুল লাকপা বোরাচাউবগী লান্দা অমসুং মার্চ ২৩-২৪ দা বৃটিশশিংনা যুবরাজগী শঙ্গায়দা লান্দারকপা মতমদা মীপুম খুদিংনা ময়েক লানা উখ্রবনি । অদুগীসু মথক্তা, নিংথৌনা মহাক্কী মথক্তা অচেৎপা থাজবা থমখি । কোইরেং যুবরাজগী ওইথংবা পাম্বোমনি, - লৈবাক্কী অরুবা তাঞ্জা লাকপদা ৱা তাথোক-তাশিন তৌবা মীশক অমসু ওইরমই । মদু মক্তনা মরম ওইদুনা বৃটিশগী টুমু কলম থিংনবা মহাকপু লুচিংবা হাপ্তুনা থাখিবনি ।



## ১১.

## খোংজোম লান্দা বোম ককপা ।

খোংজোম লালগী অশেংবা ইতিহাসদি, মতীক চাবা ইতিহাসকারশিংনা ইর্বদি কুইদ্রি হাযবা য়াই । অসুক শাংলবা মতম অসিদা, খোংজোম লালগী ব্রারী অসি প্রজা মীয়াম্না খঙনরিবদি খোংজোম পর্ব্ব শকপা, লাইরিক থীবা-হায়বা ওঝাশিং অমসুং শুমাং লিলাগী খুত্থাংদনি । রেদিও, টেলিভিজন, খবর কাগজ লাক্রিঙৈদা, মণিপুরদা খ্বাইদগী শক্তি লৈবা মেদিয়া ওইরম্বদি শুমাং লিলাগা খোংজোম পর্ব্বগনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই । ওঝাশিং অসিগী যুম্ফম য়াওদবা, শেমজিন শাজিনবা খোংজোম লালগী ব্রারীনা মণিপুরগী লোইবী-লোইয়া শীনথুংনা শন্দোকখিবদা নত্তনা - কাছাড়, শিলচর, ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশ ফাওবা য়ৌখিরমই । মরম অসিনা ঙসিফাওবা মীয়াম্না ওন্নতৈননা তারিবশিং অসি অমমতা লৌখৎতুনা ইতিহাসগী চপচাবা অচুম্বা ফম্বাক্তা থম্বিবা মতম থেঙমনখ্রে । মরমদি চুমথোকহৌদ্রবদি তুংদা হৌরক্লিবা চারোন শুরোন্দা লান্না লমজীংবা ওইনা থোক্লগনি । অচুম্বা ব্রারীদি মমাঙদা নৈনজবা হৌখ্রে; হৌজিক চুমদবা ব্রারী খরদং লৌখৎচগে ।

১) খোংজোম লালদা তোপ পীখিদবা অসি থাঙ্গাল জেনেবেলগী খুজিন থৌবাংনি হায়বা ৱাবী অমা তত্তনা তাই। ৱাফম অসি যুম্ফম যাওদবনি মবমদি তোপ পীবা অমসুং পীদবগা থাঙ্গাল জেনেবেলগা মবী অমত্তা লৈনদে।

২) ওঝা অমনদি শক্তি - টুমুদগী চণ্ডশীল্লকপা জেনেবেল গ্রাহামগী বৃটিশ সিপাহীশিং অসি শৌগাইজাম্বা জেনেবেল ১সুং চোংথা মিযা অনিনা তেংনৌপলদা থৎতুনা নোংমৈ কাপনৈ; নোংমৈনা পান্দুনা শৌগাইজাম্বা অমসুং চোংথা তেংনৌপলদা তুবে।

শৌগাইজাম্বা জেনেবেল বোলাই সিংহদি খোংজোম লাল হৌগদবা চহি অনিগী মমাঙদা লৈখিদ্রবনি (2-5-1889) অমসুং চোংথা মিযা কৈদৌঙৈদা তেংনৌপলদা লাল শোক্লখিদে।

৩) খোংজোম লাল হৌদ্রিঙৈদা, লানবন মনুংদা পাউনাগা চোংথাগা তেঙ্গোল শাফমদু লাল্লি চুমই হায়না যেৎনবকপদগী, থাঙ কন্না হাইনহল্লি। পাউনানা থাঙ হৈবা হেনবনিনা, খোঙফম খবা লাকচবক্তুনা চোংথা মিযা মথ্বায মাঙবা তাববা মতমদা, চাংলেনস্লানা চেনশিন্দুনা খুকল্লগা "ওঝাবু, ননাই চোংথাগী মথ্বায অসিদংদি কঞ্জগে" হায়দুনা পাউনাদা হায়জবদগী, মিযা মেজর হিংহৌবনি ... অসিনচিংবা।

-সিদি চোংথা মিযা অমসুং পাউনা ব্রজবাসি অনিগী ফজখ্রবা মবীদা (মশেল মবাই থোকনৈ) অমসুং মণিপুর ইতিহাসদা অমুবা কালি তৈশিনবগা পাংথকনি। বৃটিশগী লান্মীশিংনা পুমকোয কোযখ্রবা অমসুং যেক্লবগা লাল শোক্লগদৌবা ৬হা ক্তা ঙাযববা তাঞ্জা অসিদা তেঙ্গোল

ঙাক্লিবা মৈতৈগী অথৌবা অনি নীংঙাই শাংদানরক্কুনা থাঙনা যান্নগে তৌনৈ (যেংখোযবা মেঞ্জোবগা থাঙ হাযনহনবা খোংজোম পর্ব্ব শকপা অমসুং দ্রামা ইবসু লৈবি) । মতাং অসি চুমদবদা নত্তনা, মৈতৈ হাযবা জাতি অসিবু মীনা হন্থনা খনখিগদবা থৌওংনি । অদুবু, অৱাবদি মসিগী ঈশৈ অসি শাংলবা মতমদগী শক্কুনা লাক্লি ।

৪) চীংলেনসনা হাযবসি যাম্না নৌবিবা অঙাং অমগুম্না ওঝাশিংনা ইশৈ শকপদা তাবা ফংই । চীংলেনসনাদি খোংজোম লালগী মতমদা নুপী-নহা থিদুনা মচা মঙা লৈবর্বনি । চীংলেনসনা ফুঙ্গানায শঙলাকপনা শাগোলবন্দ মোইবাংমযুম লৈবক্তগী ঝুলোনখোম্বী লৌদুনা মচা নিপা অনি অমসুং নুপী অহুম পোক্লমই। কনা কনাগুম্বা ওঝা খবনদি চীংলেনসনাগী মমাদি ঝুলোনখোম্বী কৌই হাযবসু থেংনবে !

৫) খোংজোম লালদা জেনেবেল পাউনা ব্রজবাসীনা চোংখত্তুনা বৃটিশনা কাপ্লকপা বোমগী মৈনা কক্ই হাযনা শক্লি । বোম অসি মীনা লাইনা ককপা ঙম্বা বোমলা হাযবদু মতুংদা কপ্পা নৈনবকখিগনি । অদুবু মীযামদা খঙহঞ্জনীংবদি মণিপুরগী ইতিহাসদা শুপ্পগী মৈতৈগী জেনেবেল অহুমখক্তমক লৈখি । মখোয অদুদি থাঙ্গাল জেনেবেল, শৌকাইচাম্বা বোলাই সিংহ জেনেবেল অমসুং লোংজাম্বা বোমা সিংহ জেনেবেলনি । অহুম অসি নত্তবা মৈতৈ অমত্তা জেনেবেল ওইখিদে ।

৬) খ্বাযদগী মকওইবা ৱাফম অমদি মেজব চোংথা মিযাদি খোংজোম লানফমদগী চেনখ্রবা 'মীচেলনি' । মসিদগী হেন্না লানবা ৱাফম

অমা অমুক লৈববোই । চোংথা মিয়া খোংজোম লান্দগী চেনখি হায়বসি প্রমান লৈতবা ৱাফমনি; চৈথাবোল কুম্বাবদসু ইবমদে; বৃটিশশিংনসু হাযবমদে । মসিদি ওঝাশিংগী 'মনবুদ্ধি পুবানদগী' থোকখিবা ৱারীনি । মেজব মেক্সৱেলনা ইবম্বা অইবা বেকোর্দতগী ফংবদি; চোংথা মিযানা মহাক্কী বিচাবগী মতমদা গাযখি " I commanded the Manipuri troops at Konjol (Khongjom) " অর্থদি - খোংজোম লান্দা 'মৈতৈ লান্মীগী লুচিংপুবেল, ঐহাকনি' । লান্মীগী কমান্দব ওইনা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা চোংথা মিযাবু লানফমদগী চেনখ্রে হাযবসি চুমথোকহৌদ্রবদি তুংগী চাবোলনা খোংজোম লালগী ইতিহাস অসি লান্না লৌখিবা যাবগী অকিবা লৈবে । অশেংবদি এপ্রিল ২৫ দা বৃটিশশিংগা মৈতৈ লান্মীগা, তেঙ্গোল মনুংদা হকথেংননা, থাঙগা খুক্রেগা যান্নবকপা লালফম অদুদদি শুপ্নগী মেজব মিযা মথন্দা ডাযহৌবে; মৈতৈগী অথৌবা অযাম্বদি এপ্রিল ২৩ দা মাঙজৌননা শিখ্রবনি।

৭) বৃটিশগী মাযকৈদা, খোংজোম লাল শোক্লবা যাওবা কাছাড়গী মৈতৈ, সুবেদাব লক্ষন সিং হাযবা অমবু পাউনা ব্রজবাসীগী মঙক ককহৎলি । থৌদোক অসি শৌগৎপা যাবা প্রমান নত্রগা অইবা অমত্তা লৈতে; চুম্না নুংঙাইনবা শকপা ৱাবীনি । বৃটিশশিংনা সুবেদাব লক্ষন কৌবা কাছাড়গী মৈতৈ অমত্তা লোযনবর্কখিদে । বৃটিশশিংগা লোযনবর্কখিবা অমসুং টৈকেন্দ্রজৎ যুববাড়বু ফাখিবা কাছাড়গী মৈতৈমচা অদুগী মমিংদি খেলেন্দ্র সুবেদাব কৌই, মতমদুদা মহাক চহি ৪১ শুবে । সুবমা ভেলী মাল্টাব পালশদা সুবেদাব ওইবনি ।

৮) মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট মি: গ্রিমউদকী নুপীবু বাসন্দ্রি মেম সাহেব কৌই; কোয়বী মেমসু কৌই হায়না ওন্থোক্লা থৰায় তানা ঈশৈ শক্লরি । অঙাং খঙদবনা তারবদি চুম্বোই নীংগনি । ওঝাশিংনা 'কোয়বী মেম' হায়রিবসি মিসেজ ইথেল গ্রিমউদপুনি ।



## ১২.

## বোমগী মৈনা কক্‌খিবরা ?

আর্টিলরী সেল (তোপ মরু) অসিনা লৈপাক্তা তারগা পোকখায়; মরম অসিনা তোপ কাপ্লবু মৈতৈশিংনা বম কাপ্লা হায়না খঙনৈ। বম কাপ্লগী ৱারী অসি খরদং কুপ্না নৈনবা য়াম্না কান্নগনি মরমদি ওঝাশিং অসিনা, 'মৈতৈনা সাহেবকী বমদিয়ার মৈনা লৈপাক তাদ্রিঙৈদা চোংখৎতুনা ককই; চীংলেন সনানা কাপ্লকলিবা তোপ মরু অদু, চোংখৎতুনা বম কোল্লগা ফাই' ..... অসিগুম্বা কয়া অসিনা অচুম্বা ওইনা শক্কুনা শোন্দুনা লাকই। খোংজোম পর্ব্ব শকপা ঙাক্তো নত্তে; লাইরিক থীবা-হায়বা ওঝাশিংসু যাওশিন্দুনা বম ককপগী নাম শোল্লি : (পয়ার ছন্দদা)

"ওখা সরকার এক বমজার মারিলা।<br>
তাহা দেখি প্রজা গনে জর্ন্নেল কহিলা ॥<br>
দেখ বম আসিতেছে আকাশ মণ্ডলে।<br>
গুরু কৃপা দেখি আমি কাটিব একলে।<br>
এত বলি ব্রজবাসী ফিরে দক্ষ বাম ॥

সাঁচান পক্ষির মত কিছু নাহি ভয়ে ।
- শুন্যে তিন হাত উঠে গোবিন্দ বলিয়ে
কাটিয়া বমের দড়ি ভূমিতে পড়িয়ে ।।
- তা দেখি জর্নেল বলে দুই প্রলে বমা ।
- ভূতলে পড়িব অন্য এক কাটি আমি ।।
- শুনিয়া চীংলেন সনা বলে শুনহ বচন ।
আমি এক কাটি এবে সর্ব্ব জন ।।
ব্রজবাসী বলে বাপু বম কটোগুঢ় ।
চিংলেনসনা বলেন আমি কাটিব নিশ্চয়" [30]।

শমলপ্পা অর্থদি :- অসোমদা সরকারনা বমদার অমা কাপলক্লে । মদু উবদা জর্নেলনা প্রজা খিবিক্তা হায়রকই । য়েংউ, আকাশ থক্তা লাকইবা বমসে ...... শ্রীগুরু কৃপা য়েংগে, বম অসি ইথন্দা কক্কে । অসি হাযবগা ব্রজবাসী, য়েত্তা ওইদা লৈরে থাং । খুনুখ্রংগী মতৌনি, কবিমত্তা কিদেদা । শ্রীগোবিন্দ শোন্দুনা অতিয়াদা খুদুপ অমা ৱাংনা চোংখৎলগা । বমগী মৈ থৌরি কক্কুনা লৈপাক থক্তা থাদবে। ...... (মথংদি) বমদার অনি থারক্লে। মদু উবদা জর্নেলনা হায বমদাব অনি থারক্লে । লৈপাক্তা তাবা অমনা ঐনা কক্কনি । ...... ৱাসি তাবদা চিংলেনস্নানা হায় ওঝাবু তাবিয়ু। বম অমা ঐনা কক্তুনা মী পুম্নমক ঙাকচগে । ব্রজবাসীনা হায় ইবুংঙো বম ককপা লুই, থূপই । চিংলেন্না হায় উঝাগী কৃপাদগী নচানা লেপ্লা ককচগে[31] । ...... অসিনচিংবা ।

করি অমুক হায়গনি - খোংজোম পর্ব্ব, দ্রামা অমসুং লাইবিক থীবা হায়বা ঙাক নত্তে; লাইরিক ওইনা ইদুনা ফোঙনবসু য়াওখ্রবনি :-

30 "মৈতৈ পুবান" লাইশ্রম মঙ্গীসিংহ, ১৯৫২, ব্রহ্মপুব থাঙ্গপাং মপাল।
31 অর্থ হন্দোকপা হৈখাম বাবু (বাপু) সিংহ, কৈশামখোং মোইবাংনিংথৌ লৈবক

" The British army now started firing the cannons. The switch string of the first bomb was cut-off by Brajabasi ... ... with sword, before the Bomb could fall on the ground. So the Bomb could not explode. (Then) two bombs were fired simultaneously. Brajabasi cut-off the switch string of one of the bombs, and Chinglensana made an attempt to cut-off the switch of the other which cost his life [32] etc. শমলপ্পা অর্থদি - 'বৃটিশগী লান্মীনা তোপ কাপ্পা হৌরক্লে। অহানবা বোমগী সুইজ মরীদু (ফ্যুজ-ৱাযাবগী ভাবনি) ব্রজবাসীনা লৈপাক তাবক্লিংদা, থাঙনা ককথৎখি। মবম অসিনা বোম অদু পোকখায়বা ঙমখিদ্রে। (অদুদগী) বোম অনি অমুক্তদা পুন্না কাপ্লকই। ব্রজবাসীনা বোম অমগী সুইজ মবী ককথৎখি অদুগা চীংলেনসনানা অতোপ্পা অমদুগী সুইজ কক্কে হোৎনবদা মথ্বায মাঙখি'।

বৃটিশনা কাপ্লক্লিবা তোপকী মফম অসি মৈনা পান্দে, মবম অসিনা মৈনা ককপগী ৱাফম লৈতে। বোম হাযবগা মতমদুদা খল্লিবসি বম্বুলা ওইনা লৌবে। দুর্গা পূজাদা নৌকা খেলাদা থাবা মৈনা পানবা বোমবুলা অদুতনি মাযাম্না মতমদুদা খঙলিবা বোর্মদি।



তুয়েলভ্ পাউণ্ডর মাউন্তেন গন্

মবম অসিনা বৃটিশনা কাপ্লকইবা তোপ অসি কবম্বা জাৎনো হাযবদু যাম্না মযেক শেংনা ইবা মথৌ তাবক্লে।

32 Paona Brajabasi by P Pholendrajit Singh. 1987

বৃটিশশিংনা লাংঙথেলগী চীংথক্তা (লানঙম চীং হায়না খঙনবা) খিল্লগা খোংজোমগী মৈতৈ তেঙ্গোল মথক্তা কাপথরকখিবা তোপ (cannon) অনি অদু টুয়েলভ - পাউণ্ডর মাউন্টেন গন (12 Pounder Mountain gun) কৌই। তোপ অসিগী মরূ (Shell) অদু ককপা য়াব্রা য়াদবরা নৈনদ্রিবঙৈদা, টুয়েলভ্ - পাউণ্ডর মাউন্টেন গন (টুয়েলভ্ পাউণ্ডর 'নেপোলিয়ন' হায়নসু কৌই) হায়বসি করম্বা মখলগী তোপনো হায়বদু অমুক্তং মীৎয়েং তাবিয়ু :-

"12 Pounder Mountain gun or 12 Pounder Howitzer is a type of field artillery. They tend to fire at high angles and deliver plunging fire. It could lob an explosive shell over hills, walls of forts ... ... It can be disassembled into several main components and carried by mule through very difficult terrain. The targets were generally always within the line of sight of artillery men. This is especially useful when an enemy is concealed behind a prepared position or the artillerymen desires to have a shell exploded over an enemy's head ... ... cause many more human casualties due to shrapnel covering a large area (the shell bursts in the air) Shrapnel is a hollow iron sphere filled with bullets and a bursting charge of gun powders, was fixed from howitzer. The capacity to utilize shrapnel made the howitzer more effective, as the spreading of bullets would compensate for errors of guns.

<u>12 Pounder :</u>

| | | |
|---|---|---|
| Tube Length | - | 53 inches |
| Tube Weight | - | 778 pounds |

| | | |
|---|---|---|
| Bore diameter | - | 4.62 inches |
| Material | - | Bronze |
| Range | - | 1100 yds. |
| Muzzle Velocity | - | 1054 ft. per second. |
| Weight of the shell | - | $2^1/_2$ pound |

12 Pounder was one of the most effective howitzer of the late 19th century. It was a very powerful and popular gun in those days. It cannot even be seen/traced by naked eyes when it is fired since it travels at a speed of more than 1000 feet per second. Moreover when shrapnels were used, it bursts in the air before reaching the ground [33]

**শমলপ্পা মৈতৈরোনদা :-**

টুযেলভ পাউণ্ডব মাউন্টেন গন হায়বসি তোপ মখল অমনি। মখোয় অসি কাপ্পগী মওংদি মহ্ক অদু ব্রাংনা মথক্তা কাপখৎলগা যেক্লবনা লৈবা মফমদুদা চপচানা তাহনবনি। নোংমৈ অসিনা চীং নত্রগা লানবনগী চেকপল লান্দুনা, পোকখাযবা ঙম্বা বম (তোপকী মহ্ক) কাপল্লকপা ঙমই। তোপ অসি মচেৎ মচেৎ কযামহ্কম থোক্লা শীদোল্লগা [34] খচব মথক্তা হাপ্পুনা খুদোংথীনা চীং লম্বীদা পুদুনা চৎপা যাই। যেক্লবনা চেকশীন্না ঙাকশেন্দুনা লোত্তুনা লৈখ্রবা মফম অমসুং যেক্লবগী কোকথক্তা বম অমা পোকখাযহন্নীংবা মতমদা শীজিন্নবদা থোইদোক্লা কান্নবা তোপ মখলনি ...... শ্রেপনেল মহ্ক শীজিন্নদুনা যাম্না পাক শন্না মীঙোন্দা অমাঙ অতা থোকহনবসু ঙমই (মহ্ক অদু নোংথক্তা পোকখাযহনবা যাই)। শ্রেপনেল

---

33 Source WWW CWARTILLERY ORG AGUNS HTML

34 Mule গাধা অমসুং শগোল অনিগী মচ মশক।

হায়বসি য়োৎকী মরিল হোবা পাইপ অমগী মনুংদা নোংমৈ মরূ হাপলগা, নোংমৈ হিদাক চনশিল্লগা শেম্বা তোপগী মরূ মখল অমনি। টুয়েলভ পাউণ্ডর মাউন্টেন গন অমদা শ্রেপনেল মরূ অমসুং লৈপাক্তা তারগা পোকখায়বা মরূ (shell)- মখল অনিমক কাপ্পা য়াই। শ্রেপনেল পোকখায়রকপগী য়োৎ মচেৎ মচেৎশিং অদুনা পাক শন্না পাইথোক্নুনা মী য়াম্না অশোক-অপন নংহনবা ঙমই।

**<u>টুয়েলভ্ পাউণ্ডরগী মওং মতৌ</u> : -**

| | | |
|---|---|---|
| নোংমৈ উতোংগী অশাংবা | | ৫৩ ইঞ্চি |
| নোংমৈ উতোংগী অরূম্বা | - | ৭৭৮ পাউণ্ড |
| নোংমৈ মচীনগী অরাওবা | - | ৪.৬২ ইঞ্চি |
| নোংমৈ শারিবা ধাতু | - | শেঞ্জেং |
| কয়া য়াম্না শানবগে ? | - | ১১০০ গজ |
| মরূ অদু কয়া য়াম্না য়াংনা পাইবগে ? | - | সেকেণ্ড অমদা ফুট ১০৫৪। |
| মরূ অমগী অরূম্বা | - | পাউণ্ড ২ ১/২। |

১৯ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরূক্তা, টুয়েলভ্ পাউণ্ডর (হাউজর) হায়বা তোপ মখল অসিনা খ্বায়দগী শাথীবা অমসুং খ্বায়দগী মশীং য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা খুৎলাই অমা ওইরমই। মসিগী মরূ অসি সেকেণ্ড অমদা ফুট ১০০০ য়াংনা পাইবা মরম্না, (থাঙনা ককপদি লায়রদনা) মিৎনা উবা ফাওবা ফংদে। অদুগীসু মথক্তা, শ্রেপনেল মরূ কাপ্লকপা মতমদদি লৈপাক্তা তাদ্রিঙৈদা মরূ অদু নোংথক্তা পোকখায় (খোংজোম লালদা বৃটিশশিংগী তোপ অনি অদুনা অচম্বা ছেল (ordinary shell) অমসুং শ্রেপনেল - মখল অনিমক মৈতৈ তেঙ্গোলদা কাপথখি।)

টুয়েলভ্ পাউণ্ডর মাউন্টেন গন অমগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অসি মরীকচুম্না পীজরবা অসিদা, মসিগী বোম অসি ককপা ঙমই ঙমদে হায়না মখাতানা অমুক নৈনরুবা মথৌ-তাদ্রে নীংজৈ। অদুবু স্কোলার অমনা ইরম্বা মতেক অমত্তং মতাং অসিদা পঞ্জগে :-

...... " They (The Meiteis) are still claiming that the late Paona Major in the battle of Khongjom sliced the bombs of the British Army - a claim more of a myth than reality - as all such records are not present in the Royal Archives at London which I had the opportunity of going recently on a holiday[35]" ...... শমলপ্পা অর্থদি - ‘ পাউনা মেঞ্জোরনা খোংজোম লালদা ইংরেজশিংনা কাপ্লকপা বম থাঙনা ককথৎলি হায়বা অসি অচুম্বা নত্তে, নুংঙাইনবা ৱারী হায়বদুনি - মরমদি ঐনা ছুটি মনুংদা লম কোয়বা ওইনা লণ্ডন চৎলুবদা, লণ্ডনগী রোয়েল আর্কাইভসদা অসিগুম্বা রেকৌর্দ অমত্তা থেংনদে’ । অৱাবদি, টুয়েলভ্ পাউণ্ডর গন মরূ অসি চোংখৎতুনা থাঙনা কক্ই হায়বা ৱারী অসিনা মতমশাংনা মনিপুরদা শন্দোক্তুনা লাকখি। করি অমুক হায়গনি - খোংজোম পর্ব্বগী ওঝা খরনদি - বোম (আর্টিলরি ছেল) অসি চীংলেনসনানা চোংখৎতুনা ফাহল্লি । বোম অসি কোল্লুবদা চীংলেনসনাদু বোমনা, সাম্রামগী লৌবুক্তা ফনা য়াম্না শাংনা চেন্দুনা পুই অমসুং বোমগী মৈনা ককপা নংহৌদদনা বোম পোকখায়রক্তুনা শিখি। বৃটিশনা কাপলক্লিবা বম অসি মৈনা পান্দে, বম্বুলা নত্তে হায়বসি ওঝাশিং অদুনা খঙলমদে ।



---

35 Vikram Singh, Published in the Imphal Free Press, 30/09/2005.

## ১৩.

# খোংজোম লালগী থোইদোকপা

খোংজোম লাল হায়বগা মণিপুরগী ইতিহাসদা অসুক মমিং লৈবিবসি কবি মরমগীনো ? লাল অসিগী থোইদোকপদি - বৃটিশগী মশীং যাম্নবা লান্মীশিংগী মাযোক্তা মৈতৈশিংনা শিবা ফাওবা যান্নবা, লানফমদগী মায ওন্দুনা চেনখিদবা অমসুং মাযথীবে হায়দনা বৃটিশদা চঙজখিদবা (Surrender) অসিনি। লান্মী অনি অসি যাম্না লাম্বা চাদবনি; বৃটিশশিংনা ঐখোযদগী হিবম খুদিংদা হেল্লি মরমদি মেজর চোংথা মিযাগী কমান্দ মখাদা মৈতৈ তেঙ্গোলদা লৈবিবা লান্মীদি শুপ্নগী ৪০০ দনি, অদুসু মতীক চাবা খুৎলাই পাযবা নত্তে। বৃটিশগীদি সিপাহী ১০০০ নি লোইনমক মার্টিনি অমসুং গ্লাইদর রাইফল পায। অদুগী মথক্তা নোংমৈ তোপ (12 Pounder Gun) অনি অমসুং শগোল তোংবা লান্মী যাওরি। খোংজোমগী মনাক্তা লৈবা লাংঙথেল অমসুং তেনবা চীংগী অরাংবা জাগা মখৈসু সাহেবশিংনা মাঙজৌননা পাযশিনখ্রে। ঐখোয মৈতৈশিংগীদি - খুদোং - নোংমৈ খবগা, অশুবি নোংমৈ খবগা, থাঙগা,

তাগা - অসিনা লোইরে । তোপ পীয়ু হায়বসু পীরক্তবগী ৱাফম মমাঙদা পঞ্জখ্রে । অসিগুম্বা ফীভম অসিদা, মেজর চোংথা মিয়া অমসুং মাগী মৈতৈ লান্মীশিংনা মুন্না খঙলবনি - সাহেবশিংগী মখুত্তা মায়থীবা ফংদুনা তুম্না শিরনি হায়বসি । মদু খঙলবমক্তদা মৈতৈ লান্মীশিংনা খক নীংহন্নবা তৌখিদে; কনামত্তনা লানফমদগী মায় ওন্দুনা চেনখিদে (deserter) নত্রগা খুৎলায় থাদুনা সাহেবশিংদা চঙজখিবসু (surrender) য়াওখিদে । শিদ্রিবা ফাওবা লানফমদা য়ান্নখিবনি । পৃথীবীগী লালগী ইতিহাসদা অতাঙবা খূদমনি । মমিং লৈববা ইতিহাসকার ৱাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহনা মহাক্কী "মণিপুরগী অরোইবা লাল" কৌবা লাইরিক্তা মৈতৈগী অথৌবশিংনা খোংজোম তেঙ্গোল ঙাকখিবা অদু রোমগী ইতিহাসগী হোরেসসগা প্রমান তৌখি । 'হোরেসসনা টাইবর তুরেলগী থোংখোঙদা মখুৎচাবা খুৎলাই পায়দুনা মরৈবাক্কীদমক মথ্বাইবু নাপীগুম খনখি অমসুং মবৈবাক্তা য়ৈখাই থিঙ্গাইবা থোক্লরোই খঙলবতদা মশাগী খনখি । নত্রগা খোংজোমগী লালবু বালাক্লাভাদা লাইট ব্রিগেদকী লালগা চাংদম্নদুনা অমুক যেংসি । রুশকী তোপ মমাঙদা থৌজিনখিবা ইংরেজ লাইট ব্রিগেদনি - ইংবেজগী তোপ মমাঙদা ইংবেজ শগোল লান্মীদা চেনশীনখিবা মৈতৈ লাইট ব্রিগেদনি' (Half a league, Half a league, Half a league onward/ All into the Valley of Death/ Rode the six-hundred - 'The charge of the Light Brigade' - Tennyson).

খোংজোম লান্দা সাহেবশিংগা মৈতৈগা শোক্নখিবা লাল অদু কযা যাম্না কন্না শোক্নখিবগে হাযবদু বৃটিশশিংনা ইবস্বা বিপোর্টতা মযেক শেংনা যাওবি । মখোযনা অসুম্না ইবমই - the fighting for

sometime was quite severe (শোক্লখিবা লাল অদু (এপ্রিল ২৫) মতম খরদি য়াম্নমক কন্না চান্ননা শোক্লখিবনি । খোংজোম লালদা বৃটিশ লান্মীগী কমান্দর, ৪শুবা গোর্খা রেজিমেন্টগী কেপ্তেন এফ: এম: রগুলনা মহাক্কী রিপোর্টতা অসুম্না ইরমই - 'The enemy fought most stub-bornly য়েক্লবশিংনা (হায়বদি মৈতৈশিংনা) হনবা লৈতনা অকনবা থৌনাগা লোয়নননা লাল শোক্লরমই 36 - 'Many of the old soldiers who have seen much fighting in previous campaigns tell me they have never either seen or taken part in a fight where such a determined and stubborn resistance was shown 37 (মমাঙগী লানফম কয়াদা শরুক য়ারুরবা অরিবা সিপাহী কয়ানা ঐঙোন্দা তমই - অসুক কনবা অমসুং হনবা নাইদবা মথৌনাগা লোয়নননা, চপয়ুংবা পূক্লিংদা শোক্লখিবা অসিগুম্বা লানফম অমত্তা মখোয়না মমাঙদা শোক্লখিদ্রি; থেংসু থেংনখিদ্রি ।)

" ... ... the enemy would not give way ... ... furiously resisted, and both sides engaged in a desperate hand-to-hand fight, which, however did not last long, as the enemy could not withstand the determined onslaught of our officers and men who with swords, bayonets and Khukris cut them down in heaps ". ( ... ... য়েক্লবদুনা নীংহন্নবা তৌদনা ... ... অকিবা ফংনা লাল শোক্লরমই অমসুং নাকন অনিমক্লা হকথেংননা যান্নবমই, তৌইগুম্বসুং

---

36 Manipur Expedition, 1891, P 35.

37 Military Proceedings, Manipur 1891-92

ঐখোয়গী অফিসারশিং অমসুং সিপাহীশিংনা অখাঙ-কনবগা লোয়ননা ফুজিল্লকপদা পঙকুই কুইনা খাঙদুনা লৈবা ঙমখিদে অমসুং থাঙশাং সঙ্গীন অমসুং খুক্রীনা ককথদুনা মপৈ ওইনা থাদখি )।

মসিদগী হেন্না চাউথোকচনীংঙাই ওইবা থাগৎ ব্রাহে অমমুক লৈরমখিগদ্রা ? মদুসু, য়েক্লবা বৃটিশগী মায়গৈদগী, মখোয়গী কমান্দরমক্লা হায়রম্বা ! মৈতৈনা কয়া য়াম্না কন্না শোক্লখিবগে হায়বগী প্রমানদি - লান্মী ৪০০ গী মনুংদা ১০০ রোমদমক হিংহৌই; লান্মী কয়ামরূম মথ্বায় থাখি; খোংজোম তেঙ্গোলগী কমান্দর মেজর চোংথা মিয়া নোংমৈনা পান্দুনা য়াম্না থীনা শোকখি (মমাঙদা মরিক চুম্না ইজখ্রে)। মিয়া মেজব শোকপগা তেঙ্গোল কায়রে; খোংজোম লাল লোইরে। নুমিৎ অদু ইং কুমজা ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৫ নি।



# ১৪.

# চোংথা মিয়াগী বিচার।

ইংশোক ১৮৯১, এপ্রিল ২৬ তা মেজব চোংথা মিযা বৃটিশনা ফাবে; খোংজোম লান লোইবে। মহাক্কী বিচাব, বৃটিশগী চিফ পোলিটিকেল অফিসাব, মনিপুব ফিল্ড ফোর্স মেজব মেক্সৱেলনা কংলা মনুংদা মেগী ৫ দগী ১২ ফাওবা চথখি। সুবেদাব নিবঞ্জন অমসুং মিযা মেজব - অনিমক্কী কেশ, অমত্তদা পূন্না পাল্লগা বিচাব তৌখি। মেক্সৱেল সাহেবনা ইবমই :

কোর্ট : মণিপুব ফিল্ড ফোর্সগী চিফ পোলিটিকেল আফসাবগী কোর্ট। তাং ৫, মে ১৮৯১ ইং।

হাজিব : মেজব মেক্সৱেল, চিফ পোলিটিকেল অফিসাব।

বাজ রাজেশ্বৰী।বলাটকী মহাবানী V৲ ১বা আসামী নিবঞ্জন সুবেদাব
২বা আসামী মিযা সিংহ

**শাক্ষীগী জবান :**

বাদীগী অহানবা শাক্ষী : গুলাবসিং, অপোকপা ব্রজবাসী লৈফম

উবিপোক, চহি ৩০ শুবে।

অনিশুবা একুাজ মিয়াসিংহ অসিসু কোযবেং সেনাপতি খন্দুনা মহাক্কা পূন্না লৈমিন্নে, চামিন্নে অমসুং মহাক্কী মী ওইনা থবক তৌদুনা লৈবা মীশকনি। ঐসু কোয়বেং সেনাপতিগীদা হবিলদাব ওইনা লৈবনি। মার্চ ২৪, ১৮৯১ ইংদা বৃটিশশিংনা সেনাপতিগী শঙ্গাযদা লান্দাবকপা মতমদা ঐ ইশামক মফমদুদা লৈবমই; ঐদি অদুম চেল্লে। ঙসি কোর্ট অসিদা হাজিব ওইবিবা একুাজ অনিমকসু মফম অদুদা লৈবমই অমসুং সিপাহীশিংগা লোযননা মখোযনা ইংবেজশিংগা লান শোক্লবদু, ঐ উই। ঙহাক লৈবগা ঐদি কোনুং লোমদা চেল্লে; মফমদুদসু মিযাগা মখোয অনিনা বড়সাহেবকী বাংলা তম্না তোপ কাপই অমসুং সেনাপতিগী শঙ্গাযদা লৈবিবা বৃটিশ লান্মীশিংদসু নোংমৈ কাপশীল্লমই। মখোয অনিমক মশক নাইবা অচৌবা ফম্নাইবা ঙার্কনি অমসুং মখোযনা ঐখোয পুম্বদা শিদ্রিবা ফা ওবা হনবা নাইদনা লান থেংনগদবনি হাযনা পূক্লিং থৌগৎতুনা লাউই।

মতম খব লৈবগা পাউ অমা তাই - সাহেব অমগা সিপাহী খবগা থৌবালদা লৈবে হাযবা পাউ ফংলদুনা, ঐখোয মৈতৈ লান্মী খব থৌবাল তানা চৎলমই; মিযানা কাংলুপ অদু লুচিংখি। নোংমা নিনি লৈবগা মহাক (মিযা সিংহ) অমুক হল্লক্তুনা তোপ অনি পুবগা অমুক চৎখি। অনিশুবা একুাজ (চোংথা মিযা) না থৌবালদগী হল্লকপা মতমদা মঙোন্দা মেঞ্জোব ফম পীখি।

২ শুবা শাক্ষী :- অচৌবা সিং, অপোকপা তুবোন সিংহ সাং ঙাংবম লৈকাই, চহি ৩০।

অনিশুবা শাক্ষী অচৌবা সিংহগী জবানগা অহানবা শাক্ষী গুলাবসিংহগী জবানগা চপ মান্নে; থোইদোকপা অহেনবা বাফম যাওদে

মবম অসিনা মহাক্কী জবান মপূংপানা অমুক ইবা কান্নদ্রে খঞ্জে ।

৩শুবা শাক্ষী :- ফৈজাউ সিংহ, পিতা ঝুলন সিংহ সাং কবো লৈকায়, চহি ২৫ ।

ঐ রিজেন্ট (কুলচন্দ্র মহারাজ) গী অপোকপী মমাশীজগী মীনায়নি - পাখোন চৎপা, ঈনশাং-নাপী লৈবা ... ... অসিনচিংবা থবক তৌই ।

(অতৈ লেমহৌবা জবানপূম্বা শাক্ষী অতৈগা ইমান মান্নে । শাক্ষী পূম্নমক্না, কোয়রেং যুবরাজগী শঙ্গায় ঙাক্লবা হোৎনবদা চোংথা মিয়ানা লৌখিবা অকনবা থৌদাং; নীংথৌগী শঙ্গাযদগী বৃটিশ সিপাহীশিংদা নোংমৈ কাপশীনবা ... অসিনচিংবা)। থৌবালদা লাল চৎলুরগা হল্লকপদা চোংথা মিয়াদা মেজর ফম পীবগী মতাংদা, অহুমশুবা শাক্ষী ফৈজাউ সিংহনা অসুম্না জবান পিখি :- " ২শুবা একুযজ মিয়া হায়বসি লানশোক্লবদা অসুক্কী মতীক মথৌনা মবীংজেল লৈখ্রে মদুদি মহাকপু মেঞ্জোর ওইনা ফমথোন কাহনখি ' ।

শাক্ষী অহুম্না মাগী মায়োক্তা জবান পীরবা তুংদা, মেজব চোংথা মিয়াদা বিচারপতি ওইরিবা মেজব মেক্সব্রেলনা হংই - "নং শাক্ষীশিং অসিনা পীরিবা জবানসিগী মায়োক্তা য়েৎকদবা লৈব্রা" (ক্রোস একজামিনেশন তৌগদ্রা )? চোংথা মিয়ানা খুমই - " অমত্তা লৈতে "। বিচার চথবগী নিয়ম মতুংইন্না, শাক্ষীগী জবান পীবা লোইববা মতমদা হৌজিক আসামী (একুযজ) চোংথা মিয়া মশাগী জবান পীবা মতম য়ৌরক্লে। মেজর মেক্সব্রেলনা চোংথা মিয়াগী জবান মতৌ অসুম্না ইদুনা থনমই ঃ-

মিয়া সিংহ, পিতা বদ্রিয়ান (বুধিরাম) লৈফম ললাম্বুং চহি ৫০ । "ঐহাক মণিপুরগী লান্মীগী মেজর অমনি, থবক্তি সেনাপতি কোয়রেংগী তৌই । মার্চ ২৪ গী অযুক্তা ঐহাক সেনাপতিগী শঙ্গায়দা লৈরমই অমসুং

ইখঙ্-খঙ্হৌদনা, নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা অদুৱাইদা লান্দারকই । ঐখোয় মফমদু থাদোক্লগা শঙ্গায় য়ুম্ফম (সিতাদেল) তান্না চেল্লমই । ঐনা অহানবদা খল্লুবনা - সেনাপতি নুমিৎ অদুদা মাগী শঙ্গায়দা চেপ্লি হায়না অদুবু ঙহাক লৈরগা খঙলক্লে, নুমিৎ অদুদি মহাক নীংথৌগী শঙ্গায়দা লৈখি । নুমিৎ চুপ্পা অদুমা ঐহাক সিতাদেলদা লৈদুনা লানশোক্লবা কন্না য়াওদুনা লৈরমই ।

নুমিদাং ৱাইরম লাল লেপ্পনবা বেঙ্গুল খোংলবা মতুংদা চিফ কমিশনরনা, পোলিটিকেল এজেন্ট য়াওনা সাহেব মরিগা লোয়ননা দববাব তৌবা লাকই । দরবার অদুদা শরুক য়াখিবশিংদি - সেনাপতি ওর্ফে যুবরাজ, শামু কর্নেল, অঙোম নিংথৌ, থাঙ্গাল জেনেরেল, আয়াপুবেল মেজর অমসুং নিঙোম্বা সুবেদারগী মচানিপা শামানা মুহোরি ওইনা । দববাব তৌরিবা মফম অদুগী ৱাংমদা লান্মী কয়ামরুম পূন্দুনা লৈরমই । দরবার অদু মখা চত্থবা য়ানদ্রে, অদুনা লোইশিল্লে । ঐসু, যুবরাজগী থৌগল তৌদুনা হল্লকপদা, কংলা শা মনাক্তা লৈবা থোঙ অদুগী মনাক্তা প্রজা মীয়াম্না য়াম্না লাঙবা (ঈবাং হৌবা) তারমই । ঐনা হন্না য়েংবদা সাহেবশিং অদু মীয়াম্না ঈনবা অমসুং অদুগী তুংদা সাহেবশিং অদু দরবার হোল তানা চেল্লকপা উরমই । পোলিটিকেল এজেন্ট মি: গ্রিমউদতি যাওবক্ত্রে; মহাক্না কোন্না চেল্লকপদা দববারগী সিডি য়ৌবা মতমদা, নেপ্রাকুট কৌবা নিপা অমনা মহাকপু লাক্তুনা ইল্লমই অমসুং পৃথ্রম্বা ফিঙাংনা মহাকপু তানা থিন্দুনা মহাক তুরে । ওইরক্লিবা মতৌ অদু উবদুনা অঙোম নিংথৌনা সাহেবশিং অদু দরবাব মনুংদা হোইজিল্লগা থোঙ থিংজিল্লমই । যুবাবাজ/ সেনাপতিদি ঐগা লোয়ননা অদুম চৎলে; অমুক হল্লক্ত্রে । মৈতৈগী অঙম্বা অতৈদি দরবার হোল মনুংদা লৈহৌবি । ঐ ঙহাক লেপ্তুনা য়েংলমই অদুদগী সেনাপতি উন্নবা চৎলমই । মতমসি ফাওবা সাহেব অতৈশিং অদু অমঙা

হাৎত্রি; দরবার মনুংদা লোইনা লৈহৌই । ঐনা কোন্না তারকই - মখোয়শিং অদু থাঙ্গাল জনেরেলগী য়াথং মতুংইন্না লোইনা হাৎখ্রে হায়না । সাহেব অমগা বৃটিশগী লান্মী খরগা থৌবালদা কেম্প শাদুনা লৈরে হায়বা পাউ ফংবদা, সেনাপতিগী মনাওনিপা অঙৌম্নানা লুচিংদুনা ঐখোয় থৌবাল তানা চৎলি, তৌইগুম্বসুং মায়থীদুনা হল্লকই । অদুগী তুংদা ঐবু
মেজর ফম হাপ্লগা, তোপ পুরগা অমুক হন্না থৌবালদা চৎলু হায়না য়াথং পীরমই । ঐ চৎলি অদুবু অমুক্কসু মায়থীবা ফংদুনা হল্লকখি ।

বৃটিশগী টুমু কলমনা মণিপুর তম্না চঙশীল্লকপা অদু থিংনবা হোৎনবদা, ঐহাক্কা কোঞ্জোলদা (খোংজোমদা) মৈতৈ লান্মীশিংগী লুচিংবা ওইখি (কমান্দ তৌখি) অমসুং য়াম্না থীনা শোকখি । মদু এপ্রিল ২৪ নত্রগা ২৫ দা ওইগনি । ঐখোয় য়াম্না থীনা মায়থীখি ”।

মশাদা পাদুনা তাহল্লে, চুমই হায়বে ।

*মে ৫, ১৮৯১*
*মণিপুর*

সহি
**ঐইচ মেক্সৱেল**
চিফ পোলিটিকেল অফিসার



## ১৫.

## বিচারগী রাই।

চোংথা মিয়ানা মশাগী জবান পীরবা মতুংদা, মেজব মেক্সৱেলনা নশা কঞ্জনবা শাক্ষী পুথোক্কদ্রা হংবদা, মিয়া মেজবনা পুথোক্লোই খুমখি। মেগী ১২, ১৮৯১ দা মেজর মেক্সৱেলনা বিচারগী বাই তাবমই : ৩৪

"অনিশুবা এক্যুজ মিযা সিংহ্ হাযবসি মণিপুরী অমনি অমসুং মণিপুব হায়বা লৈবাক অসিগী প্রজানি। মার্চগী ২৪ অমসুং ২৫ দা মহাক্লা বৃটিশগী মায়োক্তা লাল শোক্লবা য়াওই হায়বসি মশানা যাজরে অদুগা থৌবালদা, থেঙ্গাং অনিরকসু লাল থেংনৈ হায়বি। অনিবক হন্না থৌবালদা নোংমৈ তোপ পুদুনা চঙলকপা লাল অদুদি মহাক্লা মকোকচিংবনি। মার্চ ২৪ অমসুং ২৫ গী লালদা শব্দক যাবগীদমক্তদি এক্যুজ অসিবু ঐনা থোইদোক্লা মরাল শীনীংদে মবমদি লাল অদু খঙহৌদনা হৌখিবনি অমসুং

38 Documents of Anglo - Manipur War Part II - N Khelchandra Singh

ৰাখন মুন্না খন্থনবা মতম ফংখিদে। তৌইগুম্বসুং থৌবালদা লৈবা বৃটিশ সিপাহীশিংগী মথক্তা মহাক্না লান্দাবা অদুদি তশেংনা লালহৌবগী মরাল অমনি লৌগনি। বৃটিশনা লৈবাক্কী ঈরাং নমথদুনা শান্তি ওইবা ফীভম অমুক হঞ্জিহন্নবা পান্দমগা লোয়ননা মণিপুর তম্না চঙশীল্লকপা অদুবু থিংনবা, একুাজ অসিনা মৈতৈগী লান্মীগী মকোক থোংবা ওইনা লাকখিবা অদুমক্না মহাক্কী মরাল অসি থোইদোক্না হকচীনবা অমা ওইহল্লে। এপ্রিল ২৫ দা মহাক্না টুমুদগী চঙশীল্লকইবা কোলম অদু কোঞ্জোলদা (খোংজোম) মায়োক্নরমই অমসুং লাল অদু মতম খরদি চান্ননা কন্না শোক্নবা লাল অমা ওইখি। লানফম অদুদা ঐখোয়গী সিপাহী খর শিখি; খর অমনা অশোক-অপন নংখি। আসামী মশামকসু শোকই হায়বসি উরে। মহাক্না বৃটিশ লান্মীবু (খোংজোমদা) মায়োক্নগনি হায়না চোংথোরক্লিবসি, গভর্নর জেনেরেলনা মণিপুরদা শান্তিগী ফীভম অমুক হন্না হঞ্জিনহন্নবগী পান্দমদা, লান্মী থারক্নগনি অমসুং মীপুম খুদিং সরকারগী হুকুম ঙাক্তুনা শান্তি ওইনা লৈগদবনি হায়না পাউজেল লাউথোকখ্রবা মতুং কাইনথঙদনি। অসিগুম্বা সরকারগী হুকুমবু থৌওইদবা, বিলাটকী রাজ রাজেশ্বরী মহারানী ভিক্টোরিয়াগী মথক্তা লালহৌবা অমসুং হন্দক্কী লাল (খোংজোম) অদুগী মকোকথোংবা লুচিংবা ওইবা মরম্না, আসামী (একুাজ) অসিগী মথক্তা খ্বায়দগী অহকপা দণ্ডি পীবা মতীক চপচাই। মবম অসিনা ঐহাক্না অনিশুবা একুাজ মিয়া সিংহবু মঙক্তা থৌরী থুবগা, শিদ্রিবা ফাওবা য়ান্দুনা, ফাঁসি তৌবগী হুকুম পীরে।

দণ্ডি অসি, মণিপুর ফিল্ড ফোসকা জেনেরেল আফসাব কমান্দিং গী অয়াবা অমা চঙই। মরম আসীনা মহাক্না "সুমফৈ খনবা হুকুম তারক্নবা, মরী লৈনবা কেশগী চে-চাং পুম্বা মঙোন্দা থারে"।

*মণিপুর*

*মে ১২, ১৮৯১ ইং*

সহি

**ঐইচ মেক্সৱেল**

চিফ পোলিটিকেল অফিসাব

মথক্তা পঞ্জিখ্রিবা মেজর মেক্সৱেলগী রাই অসী, মনিপুর ফিল্ড ফোর্সগী জেনেরেল অফিসার কমান্দিং, মেজর জেনেরেল কলেট্ না নুমিৎ অসিমক্তদা অয়াবা পীদুনা মখাতানা হুকুম পীখি - 'মে ১৫, ১৮৯১ ইবাই নুমিত্তা কংলাগী নোচুপ স্নথোঙ মমাঙদা নিরঞ্জন সুবেদার অমসুং মেজর চোংথা মিয়াবু ফাঁসি তৌগদবনি'।



# ১৬.

# ফাঁসিগী হুকুম ককপা।

ফাঁসিগী হুকুম অসি ফংবদা মেজর চোংথা মিয়া সিংহ - ফাঁসিগী হুকুম ককপীয়ু হায়না আপিল তৌখিদে। অদুওইরবদি, করি মরমগী মাগী মিয়াদ অসি কল্লগা পুন্সিচুপ্পা বন্দী থম্বা হায়না হন্থহনখিবনো হায়বদু মতাং অসীদা খবদং মবীকচুম্না খঙ্জিনবা য়াম্না নুংঙাইগনি। মহাক্কী ফাঁসিগী হুকুম অসি গভর্নর জেনেরেলনা মহাক্কী কাউন্সিলগী মীওইশিংগা কুপ্না খন্নরবা তুংদা, নিরঞ্জন সুবেদাববু ফাঁসি তৌবা হায়বা অসীদি অয়াবা পীখি। তৌইগুম্বসুং অনিশুবা অসামী মিয়া সিংহদি ফাঁসিদগী, পূন্সিচুপ্পা বন্দী পীরগা জিলা খারিজ তৌবা ওইনা হন্থহনখি। মিয়াদ ককথরিবা অসি মেজর মেক্সৱেলনা হান্না পীবল্লিবা দণ্ডি অসি লাল্লি হায়বগী ৱাফম নত্তে । গভর্নর জেনেরেল- ইন-কাউন্সিলগী মত মতুংইন্না- মাগী কেস অসি থৌজাল ১সুং মিনুংশিগা লোয়ননা য়েংবদা মতীক চাবা অমনি হায়না লৌবদগীনি। ৱাফম অসী জেনেরেল কলেটনা, জুনগী তাং ৪দা শিমলাদা লৈবা ফোরেন সেক্রেটরীদা, টেলিগ্রাম তৌদুনা খঙ্হনখি।

নুমিৎ অসিমক্তদা, ভাইসরোইনা শিমলাদগী লণ্ডনদা মিয়া সিংহগী মিয়াদ ককথরে হায়না পাউ থাখি :-

No. 147 Telegram No. 1166 E. dated the 4th June 1891.

From, The Viceroy. Simla

To, The Secretary of State, London.

" ... ... we have commuted to transportation for life, the sentence of death passed on Miya Singh, Manipuri, a prominent adherent of Senapati, who was convicted of taking a leading part in revolt and subsequent resistance to advance our troops."

মেজর চোংথা মিয়াদা পীখিবা ফাঁসিগী হুকুম অসি ককথদ্রিঙৈ মমাঙদা গভর্নর জেনেরেলগী লেজিসলেটিভ দিপার্টমেন্টনা, মিয়া মেজরনা তৌখিবা মরালগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খন্নখি । মদু অমুক্তং পূক্লীংচঙনা মীৎয়েং তাবিয়ু।

"অনিশুবা আসামী মিয়া সিংহগী কেশ অসিমদি য়াম্না লুরে । মার্চ ২৩-২৪ দা শরূক য়াখিবা মীওইশিং অদুনা তৌখিবা মরাল অদুদগী নীপা অসিনা কবিসু থোইনা অহেনবা হকচীনবা অমত্তা তৌখিদে । ঐনা খনবদি, নুমিৎ অদুদা পৈদুনা লৈরম্লিবা প্রজা মীয়াম অদুগী মবালদগী মহাক্কী মরালনা অহোয়নদুম চাং হন্থে খল্লি । মরমদি, লাম্মী অমা ওইনা, মহাক্কী কমান্দিং অফিসার হায়বদি সেনাপতিগী হুকুম ইনবা তাবনি । মহাক্না মথক থংবগী হুকুম ফংবদগী লানশোক্লবা য়াওখি হায়বসিদগী হেন্না, মহাক্কী মথক্তা অতৈ প্রমান অমত্তা ফংদে । অহানবদা, সেনাপতিবু ফাগে হায়না বৃটিশনা

লান্দারকপা অদু মহাক্না থিংনবা হোৎনবা; অনিশুবদা, অমুক থৌবালদা। লালহৌবশিংনা (মৈতৈশিংনা) মথং মথং মখা চত্থরকপা থৌরমশিং অদু মহাক্কা তান্নরগা তৌখিবা অমত্তা মান্দে। থৌবালদা লাল চৎখিবা অদুমকসু মহাক্না মকোক থোংবা লুচিংবা নত্তে। (মহারাজগী মনাওইবুংঙো অঙৌম্নানা লুংচিংবনি) কংলা মনুংদা বৃটিশ অফিসারশিংগা মৈতৈগী অঙম অথৌশিংগা ফমখিবা দরবার অদুদসু মহাক্কী থৌদাংদি, চুম্নগী ভাবক অমগুম্বনি। মহাক মফম অদুদা হাজির ওই, লৈ হায়বতনি; দরবারগী ৰা খন্নবদদি শরুক য়াখিবা নত্তে। মতাং অসিদা, চিংনবা য়াবা ৰাখল অনিখক, থোইদোক্লদি মরী লৈতনা, মপান্দগী নমদুনা পুশিল্লকপগুম উই-অহানবদা, মহাক্না থৌবালগী লালদগী হল্লকপা মতমদা সেনাপতিনা মহাকপু মেজব ফমথোল কাহনখি; (২) লাল অদুদা মহাক অশোক-অপন অমত্তা নংখিদে; অদুবু হৌজিক্তি শোক্তুনা লৈবা উবে। অহানবগী ৰাফম অসিনা আসামীগী মথক্তা আইন্না য়াদবা অরানবা অমত্তা প্রমান তৌদে; থোইদোকহেন্দোক্লা - লোন্না শরৌশীনবা য়াওই নত্রগা লালতৌ অসিদা আসামী (accused) অসিনা মযামদগী থোইদোক হেন্দোকপা থৌদাং লৌখি হায়বগী প্রমানসু ফংদে। মমৈথংদা মিয়া সিংহনা মশাদা অশোক-অপন নংলিবসি করম্না অমসুং মফম কন্দায়দগী শোক্লকপনো হাযবসি ঐখোয়না খঙদবা মবম্না থোইনা কান্নবা মমল লৈবা মচাক নত্তে। মেজব মেক্সৱেলগী ৰাখল্লোন্দদি - মিয়া সিংহগী হকচাংদা শোক্লিবাশিং অসি লেফটেনন্ট গ্রান্টগা থেংনখিবা লানফম অদুদা শোক্লকপনি। ৰাফম অদু মেজর মেক্সৱেলনা খঙফম থোক্তবনি। মহাক্না চুম্না 'সুম ভাবনা শারগা হায়বা ওইগনি। মেজর মেক্সৱেলনা মিয়া সিংহগী বিচারগী মতমদা হায়খি - আসামী অসি মণিপুরদা লৈবনি; যুবরাজগী থৌগল তৌবা, মহাক্কা তূম্মীন-চামীন্নদুনা লৈবা মীশক অমনি। মবম অসিনা - ভারত সবকাবনা,

মনিপুরদা শান্তি হঞ্জিল হন্দুনা প্রজাশিংনা তং-তাবা পুন্সি অমা লেঞ্জবা ঙম্ববা পোরম অমা মীয়ামদা লাউথোক্লকপদু মহাক খঙফম থোকই । ব্রাফম অসিমসু লেজিসলেটিভ মেম্বরশিংনা য়ানীংদবা মত ফোংদোকখি; মরমদি, ভারত সরকারগী পাউজেল অদু লানফমদা লাল শোক্লবা কন্না য়াওরিবা, সিপাহী খুদিংমক্কী মনাকোং য়ৌরম্লগনি হায়না লৌবা লানগ৷নে; মরমদি - মতমদুদা পাউ থাদোক-থাজিনগী খুদোংচাদবা কয়াসু লৈরম্বতা নত্তনা লাইরিক ময়েকচৎপা, ইবা পাবা ঙম্বা মীগী মশিংসু ব্রাংলি । ঐ খঙই - মার্চ ২৪ গী থৌদোক অদুদা চেন্নবা মনিপুরী খুদিংমক অমসুং মদুদা মীশি-মীনা থোকখ্রিবা ময়ামদুগী দায়ী মখোয়না পুগদবনি, মরম অসিনা মী অয়াম্বনা মীয়ামদা অকি-তুজুং পোকহনবা অদুগা হেক যারিবমখৈ মৈতৈশিং অসিবু হাত্তোকপা পাম্মি ; অমরোমদা বৃটিশগী মীওইশিংদনা মপূক্লিং হেন্না চাউখৎহনবা পামই । তৌইগুম্বসুং ঐগী মোত্তদি মদুগী ওন্নতৈনবনি, অমসুং ঐনা থাজৈ সরকারগী মীহুৎ অমত্তগী ব্রাখল্লোনসু মদুদি ওইরম্লোই খল্লি ।

জুন ১, ১৮৯১ ইং আলেকজেণ্ডর মিল্লর

(Alexander E. Miller)

লেজিসলেটিভ মেম্বব, আলেকজেণ্ডর মিল্লরগী ব্রাফম অসি গভর্ন র জেনেরেল-ইন-কাউন্সিলদা খন্ননবা থাগৎলকই । মিয়া সিংহগী মরমদা ভাইসরোইনা তাখিবা হুকুম অদু অমুক্তং নৈনদুনা য়েংসি ঃ-

" ... ... মেজব মিয়াগী মথক্তা শীরিবা মবাল হায়বদি 'লুচিংবগী থৌদাং লৌখিবা অমসুং লালহৌবশিংবু ইনশীনবা' হায়বসিগীদমক্তা, ঐখোয়গী হুকুম মতুংইন্না, মহাকপু শিবগী দণ্ডি পীখিবা অদুদি অচুম্বা খোঙথাংনি । মহাক মশানসু য়াজরে । মহাক্লা ঐখোযগী মাযোক্তা

চোংথোক্তুনা লাল শোক্লে অমসুং অহানবা লালহৌগী মতমদা অদুগা মখা তারকপদসু, মহাক্না অচৌবা থৌদাং লৌখি হায়বসি চপচাবা প্রমান লৈরে। মহাক অসি সেনাপতিগা ঙাহাক্তা থাদোক্নদনা য়াম্না নকশিন্ননা লৈবা মীশক অমনি। মসিমক্না মরম ওইরদুনা অমসুং মহাক অসি শক্লাইবা মীশক অমনি লৌরদুনা, মেজর মেক্সরেল অমসুং জেনেরেল কলেটনা মহাকপু খ্বাইগী মকোকথোংবা লিদর অমনি লৌবদা করিসু লান্দে। মহাক্না মৈতৈশিংবু লাল কন্না শোক্লনবা কোয়চেন চেন্দুনা পূক্লিং থৌগৎপা ৱাহে কয়া লাউদুনা লৈখি হায়বগী প্রমান মতীক চানা লৈরে। অদুমকপু, লালহৌবা য়াওখিবা মৈতৈ পূম্নমক্কী বিচার পূমলোই লোইরগা মিয়া সিংহদা মখা তানা করি থবক চত্থগদগে অমসুং করি মরাল পীগদগে হায়বদু, কোন্না খন্নসি।

লৌর্ড লেন্সদাউন

(P.S. মুন্না খন্নরবা তুংদা শিবগী দণ্ডি অদু মমৈথঙদা, পুন্সিচুপ্পা জেলদা ওইনা হন্থখি)



## ১৭.

## মিয়া মেজরগী বিচারগী রাইদা মনুং হুঞ্জিনবা মীৎয়েং অমা।

বৃটিশনা ফাঁসিগী দণ্ডি পীরবা মতমদা, থাঙ্গাল জেনেরেল, কোয়রেং যুবরাজ অমসুং মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহনচিংবা মব্দওইবা বিবাদী খরদি ভাইসরোইদা আপিল তৌবতা নত্তনা বিলাটকী মহারানী য়ৌনা হায়র্জখি। খোংজোম লান্দা মায়থীরদুনা বৃটিশশিংনা ফারগা বিচাব তৌখিবশিংগী মনুংদা পূম্নমক্কা মশা কন্নবা শাক্ষী-সাবোদ পুথোক্লরকপা মতমদা, চোংথা মিয়া সিংহ শাক্ষী অমত্তা পুথোকখিদে। বিচাব লোইরদুনা ফাঁসিগী হুকুম পীরবদসু কনবীয়ু হায়দনা আপিল অমত্তা তৌখিদে। মসিদগীসু মেঞ্জোর অসি করম্বা মখলগী মীনো হায়বসি চপ চানা খঙবা ঙমই। মথৌনা-মরীংজেল লৈবা, শিবা কিদবতা নত্তনা শ্রীমদ ভগবত গীতাদা পল্লিবা, চপচাবা কর্ম্মযোগী অমনি।

"কর্ম্মন্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচন।
মা কর্ম্মফলহেতুর্ভুর্ম্মা তে সঙ্গোহস্ত্বকর্ম্মনি।।" (গীতা ২:৪৭)

ভাবার্থ:- "নথৌ তৌবনা নহাক্কী অধিকারনি, অদুগা থবক্কী মহয়দদি

নহাক্কী অধিকার ওইদে; মহয় অদু ফংগে হায়না খন্দুনা থবক তৌগনু অদুগা থবক তৌরোই হায়নসু নীংগনু"।

লৈপাক্লা, নিংথৌনা শিন্নবা থৌদাং, চপচানা পাঙথোকফম থোকপদু পাঙথোকখ্রে। মরৈবাক মজাতিবু য়েক্লবা ইংরেজশিংগী মখুত্তগী কন্নবা হোৎনবদা মথ্বাই থাবা পাম্মুদনা লানশোক্লখি (লালদা য়াম্না থীনা শোকখি; শিহৌদবগী ৱানি)। শিবা চঙবা অমসুং করি ফল ওইবকপা য়াবগে হায়বদু মহাক্লা খন্থখিদে। পূম্নমক ঈশ্বরগী মখুত্তা শিন্নখ্রবনি। হৌজিক মাগী তৌগদবা থবক লোইরে, মথৌ পাঙথোক্লে। লালদা মায়থীরদুনা সাহেবশিংনা ফাদুনা মখোয়গী বন্দী ওইরবনিনা 'নখোয়গী অপাম্বা মওংদা চত্থরকপা য়াগনি' হায়বগী ৱাখল্লোননি- মেজর চোংথা মিয়ানা খনখিবা। মসি মহাক্কী মতুংতাবা তৌথোরকপা থবক্কী থৌওংনা তাকপনি।

অনিশুবদা, চোংথা মিয়ানা মুন্না খঙই - মহাক্লা ইংরেজশিংগী মায়োক্তা লাল শোক্লখিবদু, মহাক করিমতা লান্দে। মেজর মেক্সৱেলনা মঙোন্দা পীরিবা দণ্ডি অদু হকচিনমল্লি। খোংজোম লান্দা মহাক্লা মৈতৈ তেঙ্গোলগী কমান্দর ওইনা লাল শোক্লে। লালদা মায়থীরদুনা বৃটিশশিংগী মখুত্তা বন্দি ওইরে। লালদা মায়থীরবা লান্মীগী লুচিংপুরেল অমবু মায়পাক্লবা কাওবুনা ফাঁসি তৌরগা হাৎপা হায়বসি পৃথীবীগী মফম অমত্তদা চৎনদবা আইননি; থোইদোক হেন্দোক্লা বৃটিশগী আইনদা য়াওদে। পীক্লবসু চাউরবসু মনিপুর, মতম অদুদা মনীং মখা তম্বা, কনাগীসু মখা পোন্দবা লৈপাক অমনি; (Sovereign and independant state অমনি) সোভরেন ষ্টেট অনিগী মরক্তা শোক্লবা লালনি। মরম অসিনা ইংরেজশিংনা লাল অদুদা মায়পাক্লবসু, মায়থীরবা, কনাগী মখাপোন্দবা লৈবাক অমগী (Sovereign state) লান্মীগী কমান্দর ফাবগা ফাঁসি তৌবা হায়বসি ইন্টরনেশনেল লোনা য়াদে; সভ্য সমাজদা চৎনদে।

চোংথা মিয়াগী মরালনি হায়বা তারবদা - মহাক্না খোংজোম তেঙ্গোলগী লুচিংবা অমা ওইনা ইংরেজশিংগা অকনবা লাল থেংনদুনা, মনিপুর তম্না চঙশীল্লকইবা বৃটিশগী টুমু কলমবু শিবা কিদনা থিংনবা হোৎনখি । লানফমদা মহাক নোংমৈনা মফম অহুমদা পানবদগী য়াম্না শাথীনা শোক্তুনা মৈতৈ সিপাহীশিংনা শগাই শারগা লানফমদগী পুরকখিবনি (evacuated)। অসি নত্তবা মহাক্কী অতৈ থোইদোকপা মরাল লৈতে । বৃটিশশিংনা মৈতৈশিংগী মথক্তা শীরিবা অকনবা মরালদি - (ক) সাহেব মঙা হাৎপা য়াওবা, (খ) য়াওদ্রবসু মদুগী ব্রা তান্নবা অমসুং লৌতুনবদা শরূক য়ারুবা, (গ) বিলাটকী মহারানীগী মথক্তা লালহৌবা । চোংথা মিয়াদি অহানবা অমসুং অনিশুবা মরাল অদুগা মরী অমত্তা লৈনদে । শুপ্নগী খোংজোম লালদা খ্বায়দগী মরূ ওইবা থৌদাং লৌখিবগীদমক বিলাটকী মহাবানীগী মায়োক্তা লালহৌবা য়াওই হায়বা মরাল অসিদা মেজর মেক্সৱেলনা ফাঁসিগী হুকুম তাখিবনি । অদুবু হুকুম অদুগী মায়োক্তা মহাক্না মথ্বায় হিংনবা আপিল তৌখিদে । "নখোয়না ঐগী ইথক্তা বিচার তৌবগী আধিকার লৈতে" হায়রিবনি । মসিনা চোংথা মিয়াগী মথৌনা লৈবা অমসুং মরৈবাক নীংবগী অয়ৌবী খূদমনি । ব্রাহৈনা হায়দ্রবসু মানা তৌথোরকপা থবক্না ফোংদোক্লি - পীফম থোকপা দণ্ডি অদু ইংরেজশিংনা অচুম-অরান মুন্না বিচার তৌরগা পীনিংবা পীবা য়াগনি হায়বনি। নীংশীংবা য়াই - আলেকজেণ্ডরনা পুরু নিংথৌবু লালদা মায়থীবা পীদুনা বন্দী ওইরবা মতমদা হংখি, "নং ঐঙোন্দগী করম্না ব্যবহার পাম্বগে ?" নাপলগা লোয়ননা পুরুনা খুমখি, "নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদাচৎকদবা ব্যবহার অদুমক পামই"। হন্দক চোংথা মিয়ানা শিবগী দণ্ডি পীরবা ফাওবদা আপিল তৌখিদবা, ব্রা ঙাংদবা পাউখুম অদু, পুরু নিংথৌনা আলেকজেণ্ডরদা পীখিবা পাওখুম অদুদগী থোইনা হন্থবা নত্তে।

## ১৮.

# কালাপানীদা লোই থাবা

ফাঁসিগী হুকুমদগী, পুন্সি চুপ্পা জেল হায়না হন্থরগা মেজর চোংথা মিয়া সিংহবু, বন্দীশিংগী খুন্দাফম ওইনা (Penal Settlement) চেকশিন্না ঙাক্তুনা শেমখ্রবা, আন্দামানগী কোনুং পোর্ট ব্লেয়র জেলগী কৈশুমশঙদা (Cellular Jail) থমখি। মহাক মথন্তা নত্তে, আন্দামানগী জেলদা থমখিবা; ইং শোক ১৮৯১ গী থৌদোক্তা চেন্নবা মীওই, পূন্না ২২ নি। সুমুদ্র ৱাংমদা লৈবা আন্দামান হায়বা ঈথৎসি - মতমদুদদি ওন্থোক্লা থাপখ্রে। মফম অদুদা থাখিবা বন্দী অমত্তা অমুক হল্লক্কনি হায়না থাজনদে। মরম অসিনা আন্দামান্দা জিলা থাবিজ তৌববু 'কালাপানী থাবা' হায়না খঙনরমই। 'কালাপানী' দগী পাকচাউববা সমুদ্র লান্দুনা চেল্লকপা ঙমগনি হায়বসি ওইথোক্তবনি। ঙর্সিদি, লম্বী-থোং ফগৎলকপা অমসুং বিজ্ঞান চাওখৎলকপগী মতুংইন্না চথোক-চৎশিনগী পান্থে হেন্না খুদোংচাবকপদগী, পৃথীবীগী মফম পুম্নমক ইনক নকশীন্নহল্লে। থায়না মৈতৈশিংনা বৃন্দাবন চৎপদা - মণিপুরদগী কাছাড় লৈবাক যৌবদা নুমিৎ ৭ নি চঙলম্বদু, ঙর্সিদি নোংমদা থুংলে। মতৌ

অদুগুম্না পাঙলশিংনা হজ চৎপসু অদুমঙায । বোম্বে/দিল্লীদগী পাইবগা পূং খবগী মনুংদা আবব থুংবা ঙম্লে । অদুবু চহি ১০০ গী মমাঙদদি তোপ তোপ্পা শক্তম অমা ওইবমই । মতম অদুদা বৃন্দাবন চৎপা মতমদা থা ৩ চঙই । ঈম্ফালদগী তোংজৈ মবীলদা খোঙনা নুমিৎ ৭ নি চৎলগা মযাংলৈবাক (কাছাড) থুংই। শিলচবদগী বেলগাডীনা বৃন্দাবন যৌই। পাকহেক চৎপা ঙম্নদবনা বাধাকুণ্ড/বৃন্দাবনদা থা অমবোমদি লৈনৈ। শা-কৈনা থল্লবা শাংলবা চীনুংগী লম্বী খোঙনা চৎপগী অৱাবা অদুনা মবম ওইদুনা অহল ওইববা মীওই কযা মবৈবাক মনিপুব যৌনা হল্লকপা ঙমদনা বৃন্দাবনদা শিবা অমসুং লম্বীদা শিহৌবনা কোঙ্গাযনি । মবম অসিনা মতমদুদা বৃন্দাবন চৎলমদাইদা, মীশি-মীনাগী মতমদা তৌবগুম, যাম্না কপ্ন লাউনবগা বিদায তৌনবমই । মবর্মদি তম্বা ঙম্বা নত্তে: হল্লক্কনি হল্লকলোই খঙদে । মতৌ অদুগুম্না পাঙলশিংনা মক্কা মদিনাদা হজগী তীর্থ চৎপা মতমদসু যাম্না কপ্ন লাউনবগা মবী মতানা থিন্দোক্লে । অদুগুম্বা মতমর্দান, ইং শোক ১৮৯১ গী লালহৌবা যাওকবা মবাল লৈববা মৈতৈশিংবু বৃটিশনা কালাপানীদা থাখিবা । মখোয অমুক হল্লক্কনি হাযবসি মঙগুর্শ্বনি । ঙাস মেজব চোংথা মিযাবু নীংশীংবগা লোযননা, মহাক্কা পন্না কালাপানাদা লৈমিন্নবম্বা বন্দীশংবুসু নীংশীংবা চুমই ।

**কালাপানীদা থাবা ঃ**

থাখিবাশিংগী মনুংদা বৃটিশশিংনা মনিপুবদা হল্লকপা যাদে হাযদুনা চঙহনখিদবশিংগী মমিং মখাদা পীজবি।

**১. শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ, মহাবাজ :**

ইংশোক ১৮৯৫ দা কালাপানীদগী থাদোবকখি অমসুং বিহাবগী হাজাবিবাগ জেলদা লৈখি । মফমদুদগী অমুক মতম খব লৈবগা থাদোবক্লবা

মতুংদা রাধাকুণ্ডদা বাস তৌদুনা লৈরম্লগা ইংশোক ১৯৩৪ গী জানুৱারী থাদা মফম অদুদা নোঙ্গাখি ।

**২. অঙৌসা সিংহ, সেনাপতি :**

মহাক্কী সম্পত্তি পূম্বা বৃটিশশিংনা মৎলগা, শোক ১৮৯১ দা কালাপানীদা বন্দী থমখি । শোক ১৮৯৬-৯৭ দা কালাপানীদগী থাদোক্লগা পেন্সন পীদুনা হাজারিবাগ জেলদা অমুক মখা তানা থমখি । (Administrative Report of Political Agency for 1896-97).

**৩. লোকেন্দ্র বিরজিৎ সিংহ, ৱাংখৈরাকপা :**

মহাক্কী সম্পত্তি পূম্বা বৃটিশনা মৎলগা, শোক ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি । মফমদুদগী শোক ১৮৯৬-৯৭ তা থাদোকরক্লগা নদিয়াদা (ৱেষ্ট বেঙ্গল) মতম খরা লৈরম্লগা, মফম অদুদা নোঙ্গাখি । (Vide ibid)

**৪. শামু সিংহ, কর্নেল, লুৱাং নিংথৌ :**

মাগী সম্পত্তি পূম্বা বৃটিশনা মৎলগা ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি । ১৮৯৬-৯৭ দা থাদোরকখি অমসুং পূন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা বৃন্দাবন্দা লৈখি ।

**৫. চোংথাম নিলমনি সিংহ, আয়াপুরেল মেজর :**

মশাগী সম্পত্তি পূম্বা বৃটিশনা মৎলগা ১৮৯১ দা পোর্ট ব্লেয়ারদা (কালাপানী হায়না খঙনবা) থাখি । ১৮৯৬-৯৭ দা কালাপানীদগী থাদোরক্লগা বৃন্দাবনদা লৈখি অমসুং মথংগী চহিদা নোঙ্গাখি ।

**৬. চোংথা মিয়া সিংহ, মেজর :**

শোক ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি। ১৮৯৬ দা জেলদগী থাদোরক্লগা বৃন্দাবনদা লৈখি। মতম খরা লৈরম্লগা বৃন্দাবন থাদোক্লগা তখেল লৈবাক্তা চৎখি অমসুং মফমদুদা মহাক পৃন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি।

**৭. উরু সিংহ, উসবা :**

সাহেব ৫ মঙক করুবা পুথোবকপা সন্ত্রিশিংগী মনুংদগী অমনি। শোক ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি; জুলাই ১৯০৬ দা চহি ১৫ লৈরগা থাদোরকখি। থাদোরক্লগা আসামগী দরং জিলাদা লৈহনখি।

**৮. চাউবা (চাউবী) হাইদার, মচাহল :**

মহাক অসি নীংথৌগী লান্মীদা য়াওবা মৈতৈ পাঙলনি[39], সন্ত্রিগী থবক পুরমই। ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি। চহি ১৫ বন্দী থম্লবা মতুংদা শোক ১৯০৬ দা থাদোরকখি। অদুবু মনিপুরদা চংহনখিদে; আসামগী দরং জিলাদা লৈহনখি (Adm. Report of the Pol. Agency for the year 1906-07)

**৯. ঘুনসিংহ খোনদ্রাম :**

সাহেব ৫ হাংনবা পুথোরকপা সন্ত্রিশিংগী মরক্তগী অমনি। ১৮৯১ দা পোর্ট ব্লেয়ারদা থাখি; জুলাই ১৮৯৬ তা থাদোরকখি অদুগা আসামগী দরংদা লৈহনখি।

---

39 M A Janab Khan - 'Muslim fighters in the war of 1891' ('100 years' published by DIPR, Manipur)

**১০. খম্বা সিংহ, লাইশ্রবা :**

সাহেব ৫ হাৎনবা পুথোবকপা যাওবা সন্ত্রি অমনি। ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি। চহি ৩ লৈবগা, ডিসেম্বর ১৭, ১৮৯৪ দা কালাপানীদা শিখি।

**১১. ধজসিংহ, ময়েংবা :**

মার্চ ২৪ গী অহিংদা সাহেব ৫ হাৎনবা পুথোবকপা সন্ত্রি শিংগী মনুংদা অমনি। ১৮৯১ দা পোর্ট ব্লেযাবদা থাখি; ১৯০৬ দা, চহি ১৫ ফাদোপ তাববা মতুংদা থাদোবকখি। দবং দা লৈগদবনি হাযনা হুকুম তাখি (Adm. Report of the Pol Agency, Manipur for 1906-07)

**১২. ননিসিংহ, নেপ্রা মচাহল :**

মার্চ ২৪ গী অহিংদা সাহেব ৫ হাৎনবা পুথোবকপা সন্ত্রি অমনি। ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি; ১৯০৬ তা থাদোবক্লগা দবংদা লৈখি।

**১৩. ত্রিলোক সিংহ, নোংথোম্বা, সত্বাল :**

মীহাৎপশিংগী (শঙলিংবশিংগী) মকোকনি। শোক ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি: কবম্বা মতমদা থাদোবকখি হাযবা রেকোর্ড থিবা ফংদে।

**১৪. ধনসিং, শগোলসেম্বা :**

সাহেব মঙাবু মার্চ ২৪ গী অহিংদা মঙক কক্পা হাৎখিবা শঙলিংবা নুপানি। ১৮৯১ দা কালাপানীদা থাখি (কবম্বা চহিদা

থাদোরকখিবগে হায়বা রেকোর্ড ফংদে)।

**১৫. ঘুনসিং, ইন্দুজাম্বা জমাদার :**

মার্চ ২৪ দা মৈতৈগা সাহেবশিংগা লাল শোক্লবদা শরূক য়ারমই । ময়াঙখাঙ্ বাংলাদা, সিগনেল্লর ও'ব্রেন, টেলিগ্রাফ দিপার্টমেন্ট,গী মথক্তা মৈতৈশিংনা নাগাশিংগা পূল্লগা, নোংমৈ ময়াম অমুক্তদা পূন্না কাপশিন্দুনা হাৎপা (Volley) অদুদসু মহাক য়াওই । মহাক কালাপানীদা বন্দী থমখি ।

মথক্তা পীরীবা মখোয় ১৫ দি মনিপুরদা হনবা য়াখিদে । অদুবু মখাদা মমিং পীরীবা বন্দী ৭ অসিদি কালাপানীদা চহি খরা লৈরুরগা থাদোরকখি অদুগা মরৈবাক মনিপুরদা হনবা য়াহর্নখি ।

**১৬. নিংথৌবা সিংহ, চীংশুবা জমাদার :**

ময়াঙখাঙ্ বাংলাদা লৈবা বৃটিশগী টেলিগ্রাফ দিপার্টমেন্টকী মি: মেলভিল অমসুং ও'ব্রায়েন গী মথক্তা নোংমৈ কাপশীন্দুনা লান্দাবা য়াওরুবগী, শোক ১৮৯১ দা পোর্ট ব্লেয়ারদা থাখি । শোক ১৯০১-০২ দা কালাপানীদগী থাদোরক্লগা মনিপুরদা হল্লকপগী অয়াবা পীখি । (Adm. Report 1901-02)

**১৭. থৌবা সিংহ, ফমজাও জমাদার :**

মার্চ ২৪ দা বৃটিশগী মায়োক্তা লান শোক্লবা শরূক য়ারমই । মহাক ময়াঙখাঙ্দা তাং ২৫ মার্চ ১৮৯১ দা বৃটিশগী সিগনেলব মি: ওব্রায়েন হাৎপদা শরূক য়াখি । শোক ১৮৯১ দা পূন্সি চুপ্পগী জেলদা থন্নগী দণ্ডি পীদুনা কালাপানীদা থাখি । শোক ১৯০১-০২ দা থাদোরক্লগা মনিপুরদা হল্লকখি ।

**১৮. তোঞ্জাও সিংহ, মংশাতাবা জমাদার :**

মার্চ ২৪ দা বৃটিশগী মায়োক্তা লান শোক্লবা য়াওখি অমসুং কোহিমা য়ৌনা সাহেব মীচেলশিংবু তান্নবদসু শরূক য়াখি। তাং ২৫ মার্চ ১৮৯১ দা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলসগী হবিলদার জবালসিং থাপাবু থাঙনা কক্কে হোৎনরমই। শোক ১৮৯১ দা আন্দামানদা পূন্সি চুপ্পা লোই থাখি। ইংশোক ১৯০১-০২ দা আন্দামানদগী থাদোরক্লগা মনিপুরদা হল্লকপগী অয়াবা পীখি।

**১৯. চাউবতোন সিংহ, হৈক্রুজাম্বা সুবেদার :**

তাং ২৪ মার্চ ১৮৯১ দা মৈতৈগী থানা ময়াম য়েংশিন্নবা কোহিমাগী লম্বীদা থাখিবা, মৈতৈ লান্মীশিংগী মকোক চিংবা কমান্দরনি। মহাক্কী কাংবুগা বৃটিশশিংগা সেকমাইদা লান কাপ্নরিঙৈ মনুংদা মহাক মফমদুদা থুংলমই। মহাকপু পূন্সি চুপ্পা জিলা খারিজ তৌবগী দণ্ডি পীরমই অমসুং শোক ১৮৯১ দা পোর্ট ব্লেয়ারদা থাখিরমই। শোক ১৯০১-০২ দা আন্দামানদগী থাদোরকখি অমসুং মনিপুরদা হল্লকখি।

**২০. পোরডুম্বা সিংহ, অশাংবা কুট :**

মহাক্লা ময়াঙখাঙ্ থানাগী মকোক থোংবা লুচিংবনি। সাহেব মখৈ অমত্তা চেলহনখিনু, ফাজিল্লু অমসুং কানাগুম্বনা মদুদা অথিংবা পীবা য়াওরবদি, মথ্বায় লৌ হায়বা মনিপুর মহারাজগী য়াথং ফংবা মতমদা, মহাক্লা ময়াঙখাঙ্গী নাগা মখৈ খোম্লগা, জমাদার, সুবেদার ময়াম হায়বদি ঘুনাসিংহ ইন্দুজাম্বা জমাদার, নিংথৌবা সিংহ চীংসুবা জমাদার, থৌবা সিংহ ফমজাউ জমাদার, তোনজাউ সিংহ মংশাতাবা জমাদার; চাউবতোন সিংহ হৈক্রুজাম্বা সুবেদার-থুংলদ্রিঙৈদা মহাবাজগী য়াথং অদু

পাঙথোক্লবা হোৎনরমই। বিচারগী রাই মতুংইন্না পূন্সি চুপ্পা জিলা খারিজ তৌবা হায়না লেপখি অমসুং কালাপানীদা শোক ১৮৯১ দা লোই থাখি। শোক ১৯০১-১৯০২ মহাক আন্দামান দগী থাদোরকখি অমসুং মনিপুরদা হল্লকখি।

## ২১. চৌকামি নাগা :

ময়াঙখাঙ্ দাক বাংলাদা মৈতৈশিংনা লান্দাদুনা, ভারত সরকারগী তেলিগ্রাফ অফিসগী সিগনেল্লর ওব্রাইয়েন হাৎপদা চেন্নবা মীশকনি। তেলিগ্রাফ দির্পাটমেন্টকী সুপরিনতেনদেন্ট মেলভীলবু, চিরাইনাগানা হাৎপা মতমদা, মহাকসু লোয়নবমই। শোক ১৮৯১ দা মহাকপু পোর্ট ব্লেয়রদা থাখি অমসুং শোক ১৯০১-১৯০২ দা থাদোরক্লগা মহাকপু মণিপুরদা লৈবা য়াহনখি।

## ২২. গৌহো নাগা :

ময়াঙখাঙ্ দাক বাংলাদা লান্দাবা মতমদা মহাকসু শব্দক য়াখি। ১৮৯১ দা পোর্ট ব্লেয়রদা লোই থাখি অমসুং ইংশোক ১৯০১-১৯০২ দা আন্দামানদগী থাদোবক্লগা মনিপুরদা লৈবা য়াহনখি।

মথক্তা থমজখ্রিবা ৱারেং অসীদগী ঐখোয়না খঙবা ঙল্লে-মৈতৈগী অথৌবাশিং অসীগী মরক্তা কালাপানীদা শিখিবা য়াওরে, অয়াম্বনা পোর্ট ব্লেয়রগী সেলুলার জেলদগী থাদোবক্লবসু, মরৈবাক মনিপুরদা চঙহন্দবদগী, মীৈবেবাক্তা লোইনা শিখিবনি। মসিগী মরমদি মীওয খরা নত্তনা মশক নাইবা বন্দী খুদিংমক কালাপানীদগী থাদোরক্লগা মনিপুব, কাছাড় অমসুং শিলেটদা লৈবা য়াবোই হায়না বৃটিশনা অথিংবা থমখিবদগীনি। জিলা খাবিজ তৌদুনা পোর্ট ব্লেয়াবদা লৈখিবা মৈতৈশিং

অদু চহি ৬ দগী ১৫ ফাওবা মফম অদুদা পূন্সি লেনখি । মৈতৈ ঙাক্তা নত্তে, কালাপানীদা থাখিবা; চীংমী অমসুং পাঙলসু য়াওরি । মসিনা তাকপদি মরৈবাক মনিপুরবু ইংরেজশিংগী মখুত্তগী কন্নবা হোৎনবদা চিংমী, তম্মী অমসুং মৈতৈ-পাঙলশিংনা জাৎ অমসুং ধর্ম্মগী খেৎনবা থিদনা, লিংজেল মান্ননা মথৱাই থাবা পাম্মুদনা লাল থেংনখি । আন্দমানগী জেলদা লৈখিবা মখোয় ২২ না মতৌকরম্না, কযা য়াম্না ৱানা হিংখিবা হায়বগী অকুপ্পা মরোল অমত্তগী রেকোর্দ, ঙসি ফাওবা ফংদে । ইতিহাসকারশিং অমসুং স্কোলারশিংনা মখাতানা কুপ্না থিজিন্দুনা পুথোকপিদ্রবদি - ইংশোক ১৮৯১ গী 'এংলো মনিপুর ৱাব' গী পাউদম অসি কৈদৌঙৈদা মপূং ফাগনি নীংজদে ।



পোর্ট ব্লেযবগী সেলুলব জেল



# ১৯.

# চোংথা মিয়া কালাপানীদগী থাদোরকপা

চহি মঙা পোর্ট ব্লেয়ারগী সেলুলার জেলদা লৈরুরবা তুংদা, শোক ১৮৯৬ দা চোংথা মিয়া থাদোরকখি [40] অমসুং বৃন্দাবনদা মতম খরা লৈখি। মফম অদুদগী মহাক্না, ওক্টোবর ২৮, ১৮৯৭ দা বৃটিশ সরকারদা থাগী পেন্সন পীনবা দরখাস্থ থারমই অমসুং সরকারনা মঙোন্দা থাগী লুপা ১০০ পেন্সন ওইনা পীখিরমই [41]।

চোংথা মিয়ানা বৃন্দাবনদা মতম খরা লৈরম্বগী ৱারীদি গুরু মাইস্নাম অমুবী সিংহগী চীন্থাংদগী ফনা নীংথীনা খঙবা ঙম্লে। মৈতৈ জগোয়গী শক্লাইরবা ওঝা অমা ওইনা গুরু অমুবী হায়না লৈবাক্না শকখঙর্নাখবা - মাইস্নাম অমুবী সিংহ, মতম অদুদা (১৮৯৬-৯৭) মাগী অপোকপা কর্নেল শামু সিংহ, লুৱাংনিংথৌগী মনাক্তা লৈদুনা বৃন্দাবনদা লাইরিক লাইশু

40 ' War Prisoners Deported from Manipur ' - N. Khelchandra Singh in "100 years", DIPR, Manipur. 1990

41 "Who is who 1891"- Manipur State Archives, 1990.

তমদুনা লৈরমই। কর্নেল মাইস্নাম শামু সিংহ[42], - গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মহারানী, চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগীনা মমাশীজ, কুমুদিনী মহারানীগী হেক পোকমিন্নবা মৌপুৱানি। ইংশোক ১৮৯১ দা বৃটিশশিংগী মায়োক্তা লালহৌবা অমসুং সাহেব মঙা হাৎপা য়াওবগী মরালদা পূন্সি চুপ্পা জেল পীদুনা কালাপানীদা থাখিবনি। ইংশোক ১৮৯৬-৯৭ দা জেলদগী থাদোরক্লগা, মণিপুরদা চঙহন্দবদগী, বৃন্দাবনদা বাস তৌদুনা লৈখি। মতম অসিমক্তদা চোংথা মিয়াসু কালাপানীগী জেলদগী থাদোরক্লগা বৃন্দাবন্দা লৈখি।

মাইস্নাম অমুবীনা চোংথা মিয়াগা য়াম্না নক্লনা লৈমিন্নবগী তাঞ্জা ফংখি। চোংথা মিয়াগী মশক-মতৌ, শাওং-শাদা অমসুং ৱাঙাং-শাঙাংগী মরমদা অকুপ্পা ৱারোল পূম্বা মাইস্নাম অমুবীনা লৈকায়গী মনাউ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহদা লীবীরম্বা, চীন্থাং ৱারীদগী খঙবা ঙমই। বৃন্দাবনদা লৈবা মতমদা মিয়া মেজর মশাগী চহি ৬০ শুগদৌবে অদুবু পোকপদগী চেন্নরকপা লাক্ল-ফানবা ঙমদবা, মীগা ইমান-মান্নদবা, ওন্নতৈনবা ঙাক্তা তৌবা মওং মতৌ অদু উবা ফংলকই। মৈতৈ বৈষ্ণবশিংগীদমক্তি - রাধা কুণ্ড, বৃন্দাবন অসি, লাইগী মফমনি হায়দনা য়াম্না পূক্লিং পেন্না ঈংনা চীক্লা মতম লেনফম অমনি লৌনবনি। মফম অসিদা লৈবা ফংজবা হায়বসি স্বর্গমক্নি হায়না লৌনরমই। জেলদগী থাদোবকপা মৈতৈগী অঙম্বা ফম্নাইবা অয়াম্বা, পূন্সিগী অরোইবা শরূক ফাওবা বৃন্দাবনদা লেনখিবনি। তৌইগুম্বসুং চোংথা মিয়াদি, মতম খরা বৃন্দাবনদা লৈবল্লগা "মফমসি নুংঙাইত্রে, লৈনীংদ্রে ঐ চৎলগে" হায়দনা বৃন্দাবনদগী

42 মহাক্কী লৈফমদি হৌজিক ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটি লৈবিবা মফমসিনি; অবাম্বম লৈকায় কৌবমই।

চৎখিরমই [43] । বৃটিশ সরকারগী হুকুমদি - কালাপানীগী জেলদগী থাদোরকপা বন্দীশিং অসি, কাছাড়, শিলেট অমসুং মনিপুর নত্তনা, ভারতকী অতোপ্পা লৈনীংবা মফমদা লৈবা য়াগনি হায়বসিনি । চোংথা মিয়ানা তাংজফম ফবা মৈতৈ তাবা লম কোয়না থিরকপদা তখেল (ত্রিপুরা) লৈবাক্তা লাকখি । তখেলগী নীংথৌ রাধা কিশোর মানিক্য দেব বর্ম্মন মৈতৈ নীংঙোল লৌবনি । মহাক্কী মহারানীদু ধাকা তাবা দেবেন্দ্রজীৎকী মচা নুপীনি । মতম অদুদা ত্রিপুরাগী কোনুং আগরতলাদগী কি: মি: ১২ রোম চৎলগা নারায়ন খমার হায়বা খুঙ্গং (মৈতৈশিংনা লোলাম পোকপীশু কৌই) অদুদা চোংথাম শাগৈগী য়ুম্লাক কয়ামরূম য়াম্না খুৎকন পাঙ্গন্না লৈরমই। খুলগী মকোক ওইবা সর্দ্দার অদু চোংথাম ঙৌবা হায়বা মীওয় অমনি। মহাকপু চোংথাম সর্দ্দার হায়নসু খঙনৈ । চোংথা মিয়ানা, চোংথাম শাগৈ তাবা নারায়ন খমারদা লাকখি অমসুং মহাক্কী পূন্সিগী অরোইবা শরূক ফাওবা মফম অসিদা মতম লেনখি ।

**চোংথা মিয়া মেজরগী চরিত্র।**

চোংথা মিয়া করম্বা মীশকনো হায়বসি মহাক্কী পূন্সিদা থোকখ্রিবা থৌদোক ময়াম মুন্না নৈনরগা খঙবা ঙমই। মরূ ওইনা ইং শোক ১৮৯১ দা শোক্লখিবা এংলো-মনিপুর ৱারদা মহাক্না লৌখিবা অচৌবা থৌদাং অদু কুপ্পা নৈনবা য়াই। "ঐনা মনিপুর তম্না চঙশীল্লকপা বৃটিশগী লান্মী খুৎপু অদু খোংজোমদা থিংদুনা থমখি অমসুং মৈতৈ লান্মীশিংগী কমান্দর (মকোক্ থোংবা লানজিং পুরেন) ঐহাকনি" হায়না চোংথা মিয়ানা, মহাক্কী বিচারগী মতমদা মেজর মেক্সৱেলগী মমাঙদা পীখিবা ঈচঙথৌবা জবান অসি য়াম্না মরূ ওইবা অমসুং মনুংদা অর্থ কয়া ফুমদুনা লৈবা মমল য়াম্বা

43 পাণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা গুরু মাইস্নাম অমুবীদগী ফংবা ৱাবী ।

পাউখুমনি। বিলাটকী মহারানীগী মায়োক্তা লালহৌবা অমসুং বৃটিশ সাম্রাজ্যগা শীংনবা হায়বসিগী ফলদি ফাঁসি চৎপা নত্তনা অতৈ অমা ওইরোই হায়বা চোংথা মিয়া মেজরনা মুন্না খঙলিবনি। তৌইগুম্বসু মশা লীৎপা য়ানবা নাথৈদুনা পাউখুম পীখিদে; অচুম্বা অদুতা, শেমজিন শাজিনবা য়াওদনা ঈচঙ থৌনা নাপলগা লোয়ননা খুমখিবা পাউখুমনি। বৃটিশনা মথক্তা বিচার চত্থখিবা মীওয় কয়ামরূমদি, মশা কঞ্জনবা অমসুং মরাল অদু হকচীন্না লৌবিদনবা পাউখুম পীখিবগী খুদম ফংই। মেজর চোংথা মিয়াদি অদু নৎখিদে। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি-মহাক অসি মথৌনা লৈবা অমসুং অচুম্বা ঙাংবদা শিবা কিদবা মীশক্ অমনি।

মমাঙগী লামায়শিংদসু পঞ্জখ্রে-মহাক্কী বিচারগী মতমদা চোংথা মিয়াগী মথৌনা মরিংজেলগী খুদম কয়া উবা ফংখি। ফাঁসিগী দণ্ডি পীরবা মতমদসু, হুকু ম অদু ককথৎপীয়ু হায়না বৃটিশদা হায়জখিদে।

ইংশোক ১৮৯১, মার্চ ২৩/২৪ গী লোন্নবা অহিংদা বৃটিশশিংনা লোন্না কংলাদা লান্দারকখি। তৌইগুম্বসুং টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ফাবা ঙমদ্রদনা সন্ধি তৌনরসি হায়রকখি। মার্চ ২৪ দা কংলা মনুংদা বৃটিশ অফিসরশিংগা মৈতৈগা দরবার ফম্বদা য়ানবা পুরকপা ঙমদ্রদনা, সাহেব মঙা অদু রেসিদেন্সিদা হন্নবা মমায় ওল্লকলে। তাঞ্জা অসিদা খোয়শাওনরবা প্রজা মীয়াম্না 'হাৎলো' 'হাৎলো' হায়না ফৃজিল্লকপদা, মীওয় অমনা তানা থিন্দুনা, পোলিটিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদ মথ্বায় থারমই। অতৈ সাহেব খবসু অশোক-অপন নংখি। মীয়াম হৌরকপা 'মোব' ওইবা মরম্না, গ্রিমউদতা তানা থিনবা মীশক অদু কনানো, মশক খঙলমদে। পোলিটিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদতা খূৎ থারিবা নীপা অদু পৃথ্রম্বা ফিঙাং ওর্ফে কাজাউনি হায়বা মশক তাকখিবসি, মেজর চোংথা মিয়ানা মহাক্কী বিচারগী মতমদনি। ৱাফম অসি পৃথ্রম্বা ফিঙাংনসু-মহাক্কী বিচারগী মতমদা, মশামক্কা শৌগৎখি। মেজর মেক্সৱেলগী মমাঙদা পীবা মশাগী

পূখ্রম্বা ফিঙাং (কাজাউ) না অসুম্না হায়--"চোংথা মিয়ানা হায়রমদ্রবদি, ঐনা ঙসি মফমসিদা (কোর্ট অসিদা) লাকইবসি খক লাক্লমলোই"। থৌদোক অসিদগীসু ময়েক শেংনা উবা ফংই-চোংথা মিয়াগী চরিত্রদা মতমলৈবা খিবিক্তা অচুম্বা ঙাংবা মীশক অমনি হায়বসি।

লানফমদা য়েক্লবগা মায়োক্লরকপা মতমদনা নোংশাগুম মথৌনা লৈবা, নুপা অসিগী থম্মোইদি লৈদগীসু হেন্না থোৎলি। মহাক্কী মিনুংশি অমসুং পূকচেল চাউবগী-ময়েক ন্নারবা খূদমদি, মার্চ ২৪, ১৮৯১ ইং কংলা মনুংদা থোকখিবা থৌদোক্লা শাক্ষীনি ।

মথাক্তসু পঞ্জখ্রে মনিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদপু পূখ্রম্বা ফিঙাং (কাজাউ) সিংহনা তানা থিন্দুনা দরবার হোলগী সিড়ি মথক্তা তাদুনা লৈরমই। মতমঅদুদা, নুমিৎ অদুগী মীয়ামগী 'মোব' অদুনা 'সাহেব হাৎলো' হায়বসি অকনবা খোল্লাউ ওইখিবনি। শোক্লবা সাহেব মি: গ্রিমউদপু সেবা তৌবিবগী ৱাফমদি থাপ্না লৈখ্রে। মতমসিদা চোংথা মিয়ানা মি: গ্রিমউদপু কোনখৎলি। গ্রিমউদনা ঈশিং খজিক্তা থক্কে হায়রকই। চোংথা মিয়ানা ঈশিং থিরুরগা তানা শাথীনা শোক্লবা পোলিটিকেল এজেন্তগী ময়াদা ঈশিং ইনবিরমই। ঈশিং থকপা লোইবগা মহাক অরোইবা স্বর হোর্নখি। মি: গ্রিমউদ, চোংথা মিয়াগী মতম্বাক্তা শিখির্বনি হায়বা য়াই। বৃটিশশিং ঐখোয় মৈতৈশিংগা য়েক্লবা ওইরম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং খুৎলাইনা শোক্লবা মথ্বায় থাগদবা কুইদ্রবা য়েক্লবা অমগী মফমদা চৎলিবা চোংথা মিয়াগী ব্যবহার অমসুং মিনুংশি থৌইদোক্লা শীংথানীংঙাইনি। লীজরিবা ৱারী অসি মেজর মিয়াগী বিচারগী মতমদা, মেজর মেক্সৱেলনা ইদুনা থনম্বনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি--- মহাক অসি মথৌনা লৈবা মীশক্ অমা ওইবতা নত্তনা মিনুংশি চাওবা অমসুনি।



## ২০.

## তখেল লৈবাক্তা পুন্সিগী অরোইবা শরূক।

হৌজিক ফাওবগী অফংবা রেকোর্দকী মতুং ইন্না-মেজর চোংথা মিয়া তখেল লৈবাক্তা নোঙ্গাখি হায়বসিদগী হেন্না থোইদোকপা অকুপ্পা মরোল অমত্তা ফংদে। তখেল লৈবাক্কী (ত্রিপুরাগী) করম্বা মফমদা লৈরমই, কদাইদা শিখি, করি করি তৌরমই ..... ..... অসিনচিংবা অসি অমত্তা ঙসি ফাওবা খঙনদনা লাকখিবনি। মেজর চোংথা মিয়া মেমোরিয়েল কমিটি, মনিপুরগা, ত্রিপুরাগী 'লময়ানবা' কৌবা সোসিও-কলচরেল ওর্গেনাইজেসন অমগা খুৎশম্নবগা চোংথা মিয়া মেজরগী মরমদা পূন্না থিবা-হুম্বগী থবক চংখি। থা মবি মঙা চঙ্না য়াম্না ৱানা খুল খূদিং চত্তুনা থিজিল্লবা তুংদা, ইংশোক ২০০৫ গী ওক্টোবর থাদা হোৎনজবগী মহৈ য়ানখি; চহি ১০০ হেন্না অকাউবগী লৈরোন্নুংদা ফুমদুনা লৈকুরবা চোংথা মিয়াগী ৱারী, নৌহৌননা ঐখোয়গী মাঙদা চোংথোরকখি।

অইবা রেকোর্দতগী ঙসি ফাওবদা মীয়াম্না খঙ্নবদি : ইং ১৮৯১ দা চোংথা মিয়াবু বৃটিশশিংনা, পূন্সি চুপ্পা জেলদা থম্বগী দণ্ডি পীবগা জিলা

খারিজ তৌদুনা আন্দামানগী কোনুং পোর্ট ব্লেয়রগী সেলুলার জেলদা থমখি। চহি খর জেলদা লৈরবা তুংদা, ইং ১৮৯৬ তা পোর্ট ব্লেয়রগী জেলদগী (মৈতৈশিংনা কালাপানী জেল হায়না খঙ্নৈ) থাদোরকখি।

থাদোরক্লবসু : বৃটিশশিংনা মহাকপু মনিপুর, কাছাড় অমসুং শিলেট্টা চঙ্বা য়ারোই হায়না অথিংবা থমখি; মনিপুরদা চঙহনখিদে। মতম অদুদা কালাপানীগী সেলুলার জেলদগী থাদোরকপা মৈতৈমচা অয়াম্বা, মনিপুরী বৈষ্ণব শিংগী তীর্থ- র‍্যধাকুণ্ড নত্রগা বৃন্দাবনদা লাক্কুনা লৈনরমই। চোংথা মিয়া মেজরসু বৃন্দাবন্দা লাক্কুনা মতম খর বাস তৌদুনা লৈরমই। বৃন্দাব্নদা লৈরিঙৈ মতমদা, মহাক্না বৃর্টিশ সরকারদা মাগী হিংনবা শেনফম (মেন্টিনেন্স এলাৱেন্স) পেন্সন পীবীনবা দরখাস্ত থারমই। অদুগী মতুং ইন্না, ওক্টোবর ২৮, ১৮৯৭ ইংদা বৃর্টিশ সরকারনা মেজর চোংথা মিয়াদা থাগী পেন্সন লুপা ১০০, পিরমই। মতম খর বৃন্দাবনদা লৈরম্লগা, ইং ১৮৯৮-৯৯ দা মফম অদু থাদোক্কুনা তখেল লৈবাক্তা লাকখি অমসুং মহাক্কী পূন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা মফম অদুদা লেনখি। মতাং আসিদা, ৱাহং অমা চোংথোরকই। কালাপানীগী জেলদগী থাদোরকপা মনিপুরগী বন্দি শিংগী মনুংদা মীওয় খরদি মনিপুরদা হল্লকপা য়াবগী অয়াবা পীখি; অয়াম্বা মশীংদি রাধাকুণ্ড , বৃন্দাবন অমসুং খরনা আসাম গী দরং জিলাদা লৈনখি। ত্রিপুরাদা চৎখিবদি শুপ্নগী মেজর চোংথা মিয়া মথন্তনি। করি মরমদগী মহাক্না তখেল লৈবাক্তা অতম্লনা চৎখিবনো ? মসিগী পাউখুম মখাদা পীজরক্কে। চোংথা মিয়া মেজরনা তখেলদা লৈরম্লিবা খুল অসি নারায়ন খমার ( মৈতৈশিংনা, নারন মৈতৈ খূঞ্জাও) কৌই; ত্রিপুরাগী কোনুং আগরতলাদগী কিলোমিটর ১২ / ১৩ রোম লাপ্না লৈবা খুঙ্গং অমনি। বস সার্বিস য়ৌবা লম নত্তে। 'নারায়ন খমার' গী অর্থদি 'নারায়নগী লৌচা (জমিন্দারি) হায়বনি। নারায়ন কৌবা ময়াং জমিন্দার

অমগী লৈহাও চেল্লবা লৌ ময়াম পাকশন্না লৈবগী লমদম অসিবু নারায়ন খমার ( মৈতৈশিংনদি নারন খমার, নত্রগা শুপ্নগী 'নারন') কৌই। নারন খমার হায়বসি য়াম্না পাক-চাওখ্রবা খুনপাক অমনি। লমদম অসিদা মৈতৈ লৈকায় কয়ামরুম খুন্দাদুনা লৈরি । চোংথাম লৈকাই, লোলামপোকপী, চান্দিপুর, কাকামুড়া, নারন মৈতৈ খূঙ্গাউ ..... ..... অসিনচিংবা। নারনগী লৌবুকশিং অসি লৈঙোই লম ওইনা তৌরদনা য়াম্না লৈহাও চেল্লি। খুল অসিগী মনাক নক্না পাক্লবা ঈচেল তপ্পী তুরেল অমসু চেল্লি; মমিংনা শিনাই গাং হায়না খঙনৈ। বাংলাদেশ মরোলদা (শিলোটিয়া) তুরেলবু 'গাং' কৌই (তুরেল অসিগী হেক ৱাংমদা বাংলাদেশ অদুম লৈরে); অমসুং শিনাই হায়বদি কোঙ্গ্রেংবুনি। তুরেল অসিদা কোঙ্গ্রেং মরাং কায়না তাবগী শিনাই গাং ( শিনাই নদী) নত্রগা কোঙ্গ্রেংতাবী তুরেল হায়না খঙনবনি। তখেল লৈবাক্কী তুরেল অসি, ঙসিদি মৈতৈশিংগী শেংলবা তীর্থ মফম অমা ওইরে মরমদি তুরেল অসিগী মপান্দনি- খোংজোম লানগী কমান্দব মেজর চোংথা মিয়াগী হকচাং অরোইবা সংস্কার তৌখিবা। অমসুং চোংথা মেজরনা লৈরম্বা য়ুম্ফম অদুসু তুরেল অসিদগী শুপ্নগী গজ ২০০ রোমতমক লাপ্পী।

**চোংথা মিয়ানা তখেলদা লাকখিবা ঃ**

চোংথা মিয়া মেজরনা তখেল লৈবাক্তা লাকখিবসি ইং শোক ১৮৯৮-৯৯ দনি । হায়রিবা মতম অদু, রাধাকিশোর মানিক্য দেব বর্মন্না তখেল লৈবাক্কী নীংথৌ ওইনা পাল্লমই। মহাক্কী মহারানী অদু মৈতৈ নিংথৌ ধাকা তাবা দেবেন্দ্রজিৎ মহারাজগী মচা নুপীনি; মনিপুরদা মহাবানী অসিবু ধাকা রানী হায়না খঙনৈ। মতম অদুদা তখেল লৈবাক্তা চোংথাম শাগৈনা মতীক্-মঙাল নাইনা পাল্লমই। বৃটিশশিংনা জেলদগী থাদোরক্লবা তুংদা মনিপুরদা চঙহন্দবদগী মেজর চোংথা মিয়া বৃন্দাবনদা লৈরে হায়বা পাউ ফংবদা,

তখেলদা খুন্দাদুনা লৈরিবা চোংথাম কাংবুনা চিঠি থাদুনা মহাকপু কৌবনি হায়না খুনগী মীশিংনা পাউদম্লকই। মখাতানা কৃপ্না থিজিল্লুবদগী খঙবা ওম্লে তখলগী নারন মৈতৈ খুঞ্জাও লোলাম পোকপীদা তারিবা চোংথামশিং অসি ললাম্বুং তাবা চোংথামনি। ইং ১৮১৯-২৬ কী চহি তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা মনিপুরদগী লাঞ্জেল্লক্তুনা খুন্দাদুনা লৈখিবনি অমসুং মতমগী মতুংইন্না যুম্নাক কয়ামকমশু মাগী মাগী শাগৈ নাতৈগী খোঙ্গুল লিদুনা মথং মথং লাকখি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অমসুং ২০ শুবা শতাব্দীনা হৌগৎলকপা অদুৱাইদা চোংথাম শাগৈনা চাননা মশীং য়াম্না অমসুং মতীং লৈনা তখেলদা পাল্লমই। যুম্নাক ১০০/২০০ গী মথক্তা লৈরমই হায়নৈ। লোলাম পোকপীদা চোংথাম কাঙবুনা পাল্লম্বা মফমদু চোংথাম লৈকাই কৌবমই; ঙসিসু অদুম কৌরি। খুল অসিদা চোংথাম পৃখ্রি (র্সদাব পৃখ্রিসু হায়) কৌবা চাউরবা পৃখ্রি অমসু লৈরমই; পাক-চাউবনা স্কৱার ফুট লীশিং ২১/২২ রোম ওইগনি। লৈঙোই লম ওইনা তৌবদনা পৃখ্রিঅসিগী থরোই মহিগুম লুরবা ঈশিং অসিনা অকোরবা খুঞ্জা পূম্নমক্কী ঈশিং চাফমনি। পৃখ্রি অসিবু সর্দ্দার পৃখ্রি হায়নসু কৌনরমই মরমদি চোংথাম ঙৌবা সিংহনা অকোয়বদা তারিবা খুল ময়ামদুগী সর্দ্দার ওইবগী মরম্নি। ঙৌবা সিংহগী মতমদনি চোংথা মিয়ানা তখেলদা লাকখিবসি। ঙসিদি চোংথাম পৃখ্রিগী মহৌশাগী শক্তম পূম্মাঙ মাঙখ্রে। পাঙনশিংনা লৈরগা লৈপাক ফুঞ্জিন্দুনা লৌ ওম্বোক্খ্রে (তখেলগী মৈতৈশিংনা ময়াঙশিংবু পাঙল কৌই; মুস্লিমশিংবুসু পাঙল কৌই)। তৌইগুম্বসুং হান্নগী পৃখ্রি ওইরম্বা মফম অদুদি খুলগী লৌমী শ্রী লাঙ্গোঞ্জম স্বপনকুমার সিংহনা পুরগা অইবদা তাকপীরকই।

**চোংথাম কোম (খিল) :** চোংথাম পৃখ্রিদা নত্তনা নাবন খমারদা চোংথাম কোম হাযবা অমসু লৈবি। হৌজিক্তি কোম অদুগী অযাম্বা শব্দক

ফুঞ্জিন্দুনা লৌ ওন্থোকখ্রে। শব্দক খবদি মশক উবা ফংলি। মমিং কোম হাযজবতনি-পৃথ্রি অমুক চাউবা কোমনি। মযাংশিনা মসিবু 'চোংথাম খিল' কৌই। 'খিল' হাযবদি লীমোন তীংনবা কোমবু খঙনৈ। খুল অসিদা লীমোন লৌনবা অনাম্বা পান্বী পাকশন্না থানৈ। কাঙলুপ/শাগৈ খূদিংগী অনাম্বা তীংনবা তোঙান-তোঙান্না কোম থম্লে। চোংথাম শাগৈগী অনাম্বা তীংনবা কোম অদু 'চোংথাম কোম' হাযনা ঙসি ফাওবা খঙনৰি। নাবন মৈতৈ খূঞ্জাওগী শ্রী গুরুমযুম বাজেশ্বব শর্ম্মাগী মাগুপ্তা ওক্টোবব ১৭, ২০০৫ ইংদা তখেলগী মৈতৈশিংগী অচৌবা মীফম অমা পাঙথোকখি। থংনবা মৈতৈ তাবা খুলশিং-লোলামপোকপী, চান্দিপুব, কাকামুডানচিংবা মফমদগী অহল-লম্মন কযাঅমসু শব্দক যাদুনা যাম্নমক মপুংফাবা অমসুং অতাঙবা মীফম অমা ওইখি। মীফম অসিদা চোংথা 'মযাগী মবমদা উহৌবা' তাহৌবা চীন্থাং ৱাবী মযাম পুথোক্লবক্কুনা মনিপুবগী ইতিহাসকী মাঙখ্রনা তাঙ্কক অমা নৌহৌননা ইখিবমই। খ্বাযদগী মমল লৈবা চান্থাং বাবাদি, চহি ৮৮ শুববা শ্রী গুরুমযুম বাজেশ্বব শর্ম্মাদগী তাবা ফংখি। সবকাবগী স্কুল ওঝা ওইবগী শিনফমদগী পোথাববা শ্রী বাজেশ্বব শর্ম্মা, অঙকপা প্রতিভা চেনবা সংস্কৃতকী পণ্ডিত অমসুনি। শ্রীমদ্ভাগবত মচান্দা চিনফা পুবা স্কোলাব অমনি। ভাগবত প্রবচন পীবা মতমদা লাইনিক হেংবা মথৌ তাবমদে। মৈতৈবোন্দা ঙাঙ্বদা নত্তনা বাঙ্গালী লোনদা ব্যাখান তৌবদসু চপচানা হৈ-শিংবা মীশক অমনি। ইং শোক ১৯৯৫ দা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা 'কাব্য ভূষন'; ত্রিপুবা মনিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আগবতলানা 'কাব্য শ্রী' (১৯৯৪); ত্রিপুবাগী খ্বাযদগী বাংবা সংস্কৃতগী সংস্থান ওইবিবা, ববীন্দ্র পবিষদনা 'ববীন্দ্র পুবস্কাব' (২০০৬) উপাধি পীদুনা ঈকায খুম্নখববা পণ্ডিত অমনি। সভা মযামগী মমাঙদা মহাক্না চোংথা মেঞ্জোবগী (ত্রিপুবাগী অযাম্বা খুঙ্গংদা চোংথা মেঞ্জোব ডাক্তা কৌবা থেংনৈ;

চোংথা মিয়াদি পঙ্না হায়নদে) মরমদা লাম্থোকখিবা চীন্থাং ব্রারীশিং অসি থোইদোক্লা মমল লৈবা ঙাক্তেনি। রাজেশ্বর শর্ম্মা ইং ১৯১৭ দা, মহাক্কী অপোকপী মমা বিধুমুখী দেবীনা মশাগী চহি ১৬ শুরকপদা নারন খমাবদা তাইবং খেঙ্দারকখি। মহাক্কী মপা মপুদি চহি ৭ খুন্তাকপা মতমদা মনিপুরগী হৈনৌখোঙনেশ্বীদগী তখেলদা লাকখিবনি। রাজেশ্বর শর্ম্মানা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা, কৈশাম চাউবা কৌবা ওঝা অমা লাক্তুনা নারন খমারদা খোংজোম পৰ্ব্ব শকই (চহি খূদিংগী, নারন খমারদা মনিপুরদগী খোংজোম পৰ্ব্ব শকপা ওঝা কৌরগা তৎত্তনা শক্লবমই । মমিং লৈরবা ওঝা হৈস্নাম মাঙ্গোলজাউ সিংহ (থাঙ্গা মাঙ্গোজাউ হায়না ফাওখিবা) না নারনদা ইকোন কোন্না লাকখিবা খোংজোম পৰ্ব্ব শকপনি) খোংজোম পৰ্ব্বদা খোংজোম লালগী ব্রারী তাবগা রাজেশ্বর শর্ম্মাদা মাবু পোকপী মমানা হাযরমই "নখোয়না চোংথা মিয়া হায়রিবা মীশক অদুদি বামন ইঙ্খোল'সিদা লৈরম্বনি; অসিদা শিখিবনি । মহাক্লা খুল অসিদা লাকপা মতমদা মোইবুং অচৌবা অমসু লোয়নরকই"। 'বামন ইঙ্খোল' হায়বসি মহাক্কী মযুমদগী পঙথাপ থাপ্লদে। ইঙ্খোল অদুদা লৈরম্বা বামন অদুগী মমিং গোপাল শর্ম্মা কৌই। মহাক্কী চারোন শুরোন হৌজিকফাওবা ত্রিপুরাগী সোনখোলাদা লৈবি। গোপাল শর্ম্মানা নারন খমার থাদোক্তুনা সোনখোলাদা খুল হোংখ্রবা তুংদা, ইঙ্খোল অসি মহাক্কী সেবক লাইশ্রম ঙৌব্রাম সিংহদা পীরম্বনি। ঙৌব্রাম লৈখিদ্রে অদুবু মহাক্কী লোয়নবী শ্রীমতি লালিতা দেবী সিংহ ইঙ্খোল অসিদা হৌজিক লৈবি।

রাজেশ্বর শর্ম্মা মশামক্তা থোকখিবা থৌদোক অমগা নাংশীংলি। মশাগী চহি ১৭ / ১৮ শুবকপা অদুব্রাইদা চোংথা মিযাগী মচানূপীনি হাযবা নুপী অমগা উন্নে। মতমদু মহাক আগরতলাগী কর্নেল চৌমুনীদা (ত্রিপুরা মহারাজগী কোনুং মনাক ১সুং জগন্নাথ বাড়ীগা নক্লনা লৈবা) ঐস্ত্রা

বিজয়কুমার স্কুলদা ক্লাস সিক্সতা তম্লি। নোংমা মহাক্কী মমান্নবা ৩/৪ গা লোয়ননা ৱারী কন্না শানরদুনা স্কুল কারকপদা, চহি ৪০/৪৫ গী মথক ওইরবী নুপী অমগা লম্বীদা থেংনৈ। মখোয় ছাত্র মশেল মৈতৈরোন্দা ঙাংনবা তাবদা, মৈতৈনি হায়বা খঙলদুনা, নুপী অদুনা হংলকই, "নখোয় কদাইদগীনো ?" "ঐখোয় নারনদগীনি", হায়না রাজেশ্বরনা খুম্লমই। মদু তাবদা নুপী অদনা হায়রকই, "ঐসু নারনদগীনিনে; চোংথা মিয়াগী মচা নুপীনি।" লাইবক থীবনি হায়বা তাই, মরমদি রাজেশ্বর শর্ম্মানা নুপী অদুগী মরী-মখোঙ্, মমিং-মথা মুন্না হংহৌদ্রে অদুগা মতুংদা অমুক হন্নসু থেংনখিদ্রে। মেজর চোংথা মিয়া তখেলদা অতোপ্পা নুপী অমা থিরম্লা ? বাফম অসি মীপুম খুদিংনা য়াম্না খঙনীংবা পোৎ অমনি মরমদি তখেল লৈবাক্তা নুপী অমনা 'ঐ চোংথা মিয়াগী মচানুপীনি' হায়দনা চোংথোরক্লবনিনা। খোংজোম লালগী মতমদা চোংথা মিয়াদি নুপী নহা থিদুনা মচানিপা অনি লৈরবনি। ললাম্লুং তাবা চোংথাম শাগৈগী পুরানদগী খঙবনি, মিয়ানা নামৈরাকপম চনু ঙৌনু পান্নদুনা মচা নিপা অনি পোকই-চাউহল অমসুং অতোনবা ওর্ফে কৌথা তোম্বা কৌই; অনিমক শোইনাইদে।

চোংথা মিয়ানা তখেল য়ৌরকপসি ইং শোক ১৮৯৮-৯৯ অদুৱাইদনি অমসুং মশাগী চহি না ৬০ শুগদৌরবনি। মতম অসিদা মহাক্কী শেল থুমগী অৱাবা থোইনা লৈরমদে মরমদি বৃটিশশিংনা মঙোন্দা থাগী পেন্সন লুপা ১০০ পীববা মতমনি। কুপ্না থিজিল্লুবদগী খঙবা ঙম্লে- মেজর মিয়া তখেল লৈবাক্তা লাক্লুগা অতোপ্পা নুপী অমা থিরমদে। ৱাফম অসিমক শৌগৎত্তুনা ত্রিপুবাদা ফোঙবা "মরূপ" পত্রিকাগী সেপ্তেম্বর ৩, ১৯৭৬ ইংদা শ্রী লাঙ্গোঞ্জম চন্দ্র মীতৈনা (এল:সি মীতৈ) ইদুনা ফোঙখ্রে। ৱাবেং অদুদা হায়রি- "অহল ওইরবনা নুপী থিরমদে অমসুং মচা মশু লৈহৌদে। মহাক নোঙ্গাংথ্রবদা (তখেলগী) চেংথাম কাঙবুনা কর্ম্ম মতোল লোম্না তৌরম্মী"

অশেংবা ৱারীদি চোংথা মিযানা নারন খমারদা লাক্লবা তুংদা মাগী থবক ইনখাং নোম্লবা, চাক ঈশিং থোংনবা নুপীমচা অমা য়োক্লম্বনি; মহাক্না ইচা নুপীনি হায়না নুংশিনা কৌই। শ্রী রাজেশ্বর শর্ম্মাগা থেংনৈ হায়রিবা নুপী মচা অদু চোংথা মিয়ানা য়োক্লম্বা নুপী মচা অদু ওইগনি হায়না খুঞ্জাগী মীওইশিংনা ফোংদোকখি।

**চোংথা মিয়ানা লৈরম্বা ইশ্বোল :**

মথক্তা পঞ্জখ্রে- মেজর চোংথা মিয়ানা নারনদা লৈরম্বা বামন ইশ্বোল অদু ঙসিদি শ্রীমতি লাইশ্রম ললিতা দেবী সিংহানা লৈরি। [44] ইশ্বোল অসিদা মিয়া মেজবনা থারম্বনি হায়বা লিরবা, লায়ওইরবা নাগেশ্বর (Mesua Ferrea) পাম্বী অচৌবা অমা হৌজিকসু হৌরি। মশীং লাকঙমদ্রবা নাগেশ্বব লৈবাংনা, শাজিবু চৈবাউবা মতমদা শাৎলকপা মতমদা লৈ অসিগী নুংশিবা মনমনা খুল অদু শীনবা থুংনা শন্দোকলি; মীয়াম্না চোংথা মিয়াগী নাগেশ্বর হায়না খঙনৈ। হৌজিকমক্ মীৎনা উবা মহাক্না থনম্বা খূদম হায়ববু নাগেশ্বব পাম্বী অসি মঙায়রে। মসিদা থোইনা ঙকনীং ঙাই লৈতে; চহি ১০০ হেনখ্রে কনামত্তনা অথৌবা অসিগী খোঙ্গুল লীবক্তবা।

শিনাই তুবেলগী মপান্দা চোংথা মিয়াগী হকচাং পোৎলোইখিবা মং অদু, ৱাপল ময়াম অমনা কোয়শিন্দুনা লৈরি। মসি অবিবা মং মফমনি হায়না খুঞ্জানা তাকই। ঙসিদি খুলগী মং অসি অৱাং লোমদা হোংদোকখ্রে। চোংথা মিযা মতৌ মরম্না করি লায়নানা শিখিবগে হায়বা অরেপ্পা পাও অমত্তা থিবা ফংদে। ওইবা য়াবা অমদি, কুনশুবা শতাব্দীগী অহৌবা শরুক্তা তখেল লৈবাক শীনবা থুংনা পূকচৎপা লায়নাগী লাইচৎ শন্দোক্লমই। মশীং

44 ইশ্বোল অসিগী শব্দক খব, মেজব চোংথা মিয়া মেমোবিয়েল কমিটি, মণিপুবনা লৈখ্রে। চোংথা মিযাগী নীংশিংখুভম অমা খিনখবে। লোযননা গেষ্ট হাউস অমা অমসুং খোংজোম ৱাব ম্যুজিয়ম অমা শাবগী পান্দমসু থল্লি।

লাকঙমদবা মী কয়া লায়না অসিনা শিখি। নারন খমারদসু লায়না অসিনা মী পাকতক্লনা শিখি। নোংমগী মনুংদা শিবা অশিবা হকচাংশিং মশীং য়াম্মনখ্রদুনা ষনগাড়ীনা হোন্দোক্লগা মৈ থায় হায়বা ৱারী লৈরি। চোংথা মিয়াসু লাইচৎ অসিদা য়াওখ্রবরা ? চপচাবা ৱারী থিবা ফংদে : তৌইগুম্বসুং খুলগী চীন্থাং ৱারীগী মতুং ইন্নদি মহাক নিংথমথাগী ঈংখ্রবা ৱাকচীংগী পূর্নিমাগী থাবল ফরবা অহিং অমদা সংসার থাদোকখি। চহি অদু চাউরাক্লা পানবদা ইং শোক ১৯০৮ ওইগনি হায়না খুলনা মত পীরি [45]।

হিংলিঙৈ মতমদা মেজর চোংথা মিয়াবু বৃটিশশিংনা মহাক্কী নুংশিজববা মরৈবাক মণিপুরদা অমুক হন্না চঙ্হনখিদ্রে। মবম অসিনা খোংজোম লালগী অথৌবা অসি তখেল লৈবাক্তা পূন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখিবনি। বৃটিশশিংগী অথিংবা হুকুম অদু নমথেক্তুনা, মেজব মিয়াগী হকচাংবু তখেল লৈবাক্তা লৈরিবা মহাক্কী মোংফমদগী পেক্লকপা লৈপাক খরনা মহাক্কী মিতম লাক্লগা, মেজর চোংথা মিয়া মেমোবিয়েল কমিটিগী মীহুৎ শিংনা মনিপুবদা পুশিল্লকখি অমসুং মহাক্কী পোক্লফম ললাম্বুং লমনুংশি অমসুং খোংজোমগী তেঙ্গোল লম্পাক্তা, (ওক্টোবর ২০০৫ ইং) লৈরোন চনশীন্দুনা মরৈবাক মনিপুরগী লৈশাগা অমত্তা ওইনা তিনখ্রে। ঙসিদি ঐখোয়না বৃটিশশিংবু মায়থীবা পীরবনি ।)



45 ত্রিপুবা সবকাবগী আর্কাইভেল বেকোর্দি তসু চোংথা মিযা লৈখিদবগী চপ চাবা শোক তাবিখ থিবা ফংদে। মবম অসিনা চীন্থাংগী ৱাবীনা য়ুস্ফম ওইবগা তখেলগী মৈতৈশিংনা হাযবকপা মতুংইন্না ঐগী বিসার্চতগী ফংবদি ইং শোক ১৯০৮, বাকচীংগী পূর্নিমা (জনুৱাবী, ১৭ ইবাই) নুমিৎ অসি চোংথা মিযাগী শিবা নুমিৎনি।

## ত্রিপুরাগী ফোটোশিং :- অইবা মশামক্তা



মেজর চোংথা মিয়াগী মরমদা চীন্থাং ব্বারী লীবীরকখিবা নারন খমার, ত্রিপুরাগী অহলশিং। (ময়াইদা ফম্লিবা) শ্রী গুরুময়ুম রাজেশ্বর শর্ম্মা।



নারন খমারদা চোংথা মেঞ্জোরনা লৈরম্বা ইখ্বোলদা শ্রী চোংথাম জিবন সিংহ (ওইরোমদগী অনিশুবা) ১সুং অইবা।

মেজর চোংথা মিয়া



চোংথা মেঙ্গোবগী মবমদা মবীক চুপ্পা চীন্তাং ব্রাবী লীবিবকখিবা,
নাবন খমাবগী শ্রী গুরুমযুম বাজেশ্বব শর্ম্মা (চহি ৮৮) ।



*শ্রীমতি লাইশ্রম ওংবী ললিতা দেবী সিংহ, নাবন খমাব,*
*ত্রিপুবা-- মেজব চোংথা মিযা সিংহনা*
*লৈবম্বা ত্রিপুবাগী ইশ্লোল অদগী মপু ।*

## মেজর চোংথা মিয়া



ত্রিপুরাগী নারন খমার খুন্দা ঙসিমক্ হৌরিবা মেজর চোংথা মিয়ানা থারম্বা চহি ১০০ হেল্লবা নাগেশ্বর পাম্বী।



নাবন খমাবদা লৈবিবা চোংথা মিয়া সিংহগী মং।



নাবন খমাবদা চেল্লিবা ঈচেল তপ্লবী শিনাই তুবেল (শিনাইগাং)



শ্রী লাঙ্গোঞম স্বপন কুমাব সিংহনা নাবন খমাবদা 'চোংথাম পৃখ্রি' লৈবম্বা মফম থিন্দুনা তাকলি ।




নাবন খমাবদা লৈবিবা 'চোংথাম কোম' গী হৌজিক ওইবিবা শক্তম ।



নাবন খমাবদা লৈবিবা চোংথা মেঙ্গোবগী মংগী অতোপ্পা শক্তম অমা ।

# মেজর চোংথা মিয়া




শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা মৈতৈগী লাইনীং-লাইশোনগা লোয়নননা খোংজোম তেঙ্গোল লম্পাক্তা চোংথা মিয়াগী মূর্ত্তি খিনফমদা শনা- কোনয়াই, লুপা-কোনয়াই হুনবা । শ্রী হেমচন্দ্র খাবানা মতেং পাংলি ।




হীন্দুশিংগী চৎনবী মতুংইন্না চোংথা মিয়াগী মূর্ত্তি খিনফমদা ব্রাহ্মন না পুজা তৌবগী শক্তম । (ওইরোমদগী) অইবা, চোংথাম শরৎ সিংহ ১সুং চোংথাম জিবন সিংহ ।



শ্রী মতি মহাবাজ কুমাবী বিনোদিনী দেবীনা, খোংজোম তেঙ্গোল লম্পাক্তা, মেজব চোংথা মিযাগী মূর্তি শাগৎপদা অহানবা চেক হাপ্পগী শক্তম ।



খ্বাই ললাম্লুংগী চোংথাম পুখ্রি মনাক্তা, মেজব চোংথা মিযাগী নীংশীং খূভম যাত্রা হুনবা ।




ললাম্বুং চোংথাম পৃথ্রি মনাক্তা চোংথা মিযাগী খৃভম শাগৎপদা শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা মৈতৈগী লাইশোনগা লোযননা সনা-কোনযাই, লুপা-কোনযাই শুনবা ।




চোংথাম পৃথ্রি মনাক্তা মেজর চোংথা মিযাগী নীংশী খুভম শাগৎপদ হান্দৃশীংগী হৌনবী মতুং ইন্না ব্রাহ্মন না পুজা তৌবগী শক্তম ।



শ্রী চোংথাম সমরেন্দ্র সিংহ, কৈশামথোং, ইম্ফাল, ইংশোক ১৯৩৪ গী ওক্টোবর তাং ১০ দা তাইবংদা থোকশদারকখি । মতম অমদা মণিপুরগী শায় খোৎনবা অমসুং মহৈ মশিং তম্বগী লমদা লৈবাক্না শকখঙনখিবা ওঝা বেনুধরগী মচা তবামাথোইগী মনুংদা খাইগী অহলনি । শ্রী সমরেন্দ্র সিংহ, নহা ওইরিঙৈদগী লাইবিক লাইশুদা মমায়বশিংদগী মাঙজীন থাদুনা লাকখি । ১৯৫২ দা চূড়াচান্দ হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌখি । ইম্ফালগী ধনমঞ্জুরী কলেজদগী ১৯৫৬দা গ্রেজুয়েৎ অমসুং এলাহাবাদ ইউনিভর্সিটিদগী পোলিটিকেল সাইন্সদা ১৯৫৯দা পোষ্ট গ্রেজুয়েট পাস তৌখি । অথেঙবা মতমদা সরকারগী কর্ম্মচারী ওইনা লো তমদুনা, লাইবেনময়ুম সব্যসাচী লো কলেজ, ইম্ফালদগী এল: এল: বি: পাস তৌখি । থবক্কী পোথাররা মতুং ইং শোক ১৯৯৫ দা বার কাউন্সিল্ ওফ আসাম, নাগালেন্দ, মেঘালয়,মণিপুর,ত্রিপুরা, অরুনাচল প্রদেশ অমসুং মিজোরামনা হায়কোর্টগী এদভোকেট অমা ওইনা প্রাকটিস তৌরগী অয়াবসু পীরকখি ।

ইং শোক ১৯৫৯ দা ধনমঞ্জুরী কলেজগী লেকচরর অমা ওইনা থবক তৌরম্লগা, ইউনিয়ন পব্লিক সার্বিস কমিশন্না ১৯৬০ দা এক্সত্রা এসিসতেন্ট কমিশনর ওইনা খল্লকুনা মণিপুর সরকারগী কর্ম্মচারী ওইনা, তোঙান তোঙানবা ফম পায়দুনা থবক তৌরম্মী অমসুং শোক ১৯৯৫ দা থবক্কী পোথাখি । পোথারবা তুংদা, রজিব গান্ধী সেন্তর ফোর কলচর, মণিপুরগী সেক্রেটরি ওইনা ঙসি ফাওবা থৌ পুরি । শ্রী সমরেন্দ্র সিংহনা মণিপুরগী ডিরেক্তর আর্টস এন্দ কলচর ওইনা থৌ পুরম্বা অদুনা মহাক্কী পুন্সিগী অথেঙবা মতমদা অকনবা শাফু অমা পীখি । পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী লমজিং লমতাক মথাদা মৈতৈগী ইতিহাস, ত্রেদিসন, কলচর অমসুং এস্থেটিক্সকী মরমদা কুপ্না খিজিনবা হৌখি অমসুং অকনবা কলচরেল এক্টিভিষ্ট অমা ওইনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চংথরি ।